# নোংজুগী অহিং



পি, মংলেম দেব

# নোংজুগী অহিং



পি, মংলেম দেব

ফোঙজবা:—

নিংথৌখোম গোপাল সিংহ

কোংপাল বাকণী রোড।

ফংফম:—

বাজ ষ্টোর অমসুং অতৈ দুকানশিং।



নম্ফম:—

মৈতৈ ত্রাইবেল প্রেস, উরিপোক।





অহানবা খংনম

১৯৭৫ জুলাই

মখুম য়েকপা:—

ব্লোক শাবা:—

বহাদুর

মমল, লুপা অহুম।

চৎথিনি মতমদি অস্তুম্মক, বসন্ত ঋতু ঈয়োয়ননা।

অস্তুযু—

থম্মোয়নুংগী অৱাবদি কোঙমদনা থুপখিনি,
কেনঙমদা কেনপ্রবী লৈৱাংঙম।
হেমন্ত কয়া অমসু চৎখিসনু,
বসন্ত কয়া অমসু চৎখিসনু;
মেরাগী থাবল পুককবী লৈবীবুকো ন তাদি লেংদনা।
নংতনা ঈংহল্লি,
লাংবন ছুংশাগী মৈয়ীনা কাথেকপ্রবা থম্মোয়সে।
নীংঙমদা মৈয়ীনা চাক্লবদা,
নংতনা পীবী শান্তিগী ঈরিক।

বসন্ত অয়ুকী লিক্লানা ফুবদা,
ঙমমক তেকথৎপা ওইরসনু,
হেমন্তগী থুইববা মালং খোঙলোই লৈৱাংশিং।

মত অমত্তং

শ্রী পিঃ মংলেমগী "নোংজুগী-অহিং" পারে। মহাক্কী অহানবা লাইরিক "জুগালি" দগী মসিনা খরা হেন্না ফরে হায়না লৌই। লেখক অসি যাম্না নৌখ্রি। বনানগী মতাংদস্ত মানা নীংঙ্কবতুদা অতুম টে। অফ কত্তগী রাখল খনবা খজিক রাংলি। সমাজ্জ অসিদা থোক্লিবা থৌদোক য়েকথোকপনা লেখক অসিগী খপান্থনি হায়বিবা অসিমক মহাক্কী নোংজুগী অহিং হায়রিবা লাইরিক অসিমক্তদা থোকই। মতুংদা লেখক অসিনা অফবা লাইরিক কয়া ইরক্তুনা মৈতৈ সাহিত্যগী সেবা তৌবকখিনি হায়না আশা তৌই।

পিঃ কোকঙাং সিংহ
ইডিটর মীৎয়েং

# নোংজুগী অহিং

## অহানবা পন্দুপ

করম্বা থাগী করি গুমিত্তনো মতুমদি নীংশিংবগী য়াংমদা লৈখ্রে। অহিং অদু ভমথীনা মমখি য়াক্লবা অথাক অয়াওবী খোঙ্গেল-লক্ত কল্লবা গুংশিংকী শগম হু-হু লাউবা খোঙ্গেল নত্তনা ভ্রিব কনাগী খোংঙ্গেল তাখিজ্রে য়াম্না কম্না অহিং নোং-শোয়বা গুংলেপ লেপ্তনা চুখিবা নোংজুনি। অথেন্ডবা অহিংগা ওইবনে নোং গুংশিংনগা কনবনে সংলায়সি মথক মথা ওল্লগত্রা কিনরক্লে।

অত্তুবু অকিবগী মশক ফংলবা শুক ভরেং শুখ্রবা থেন্ডলবা অহিংগী নোংলকসিবা কনাগুম্বা নীপা অমত্তক্তি মথুক্ত্রা ময়োম অমা পাক্তহুম্বা ময়োংলিক্না ফুবদ চোংলবা মশা অদু থক থক নীকপমথৈ মুনা শাংলো চোকথনা তারিবা লম্বী অহুদা চেনখি-বহু অমম্বা মরক্তা ভাইহাকী ওইনা ও প্রকপা ভাল্লবা নোংথাংগী

"লাক্লরাও ?

"লোক হাংলোক্লোদ্রা"।

"খোঙ হাপ্পগা অমত্তা ওমজরয়রোই"।

"হে বায়া ঙাইনেনে।

"এ—আরা লেক্লকপা লাক্রাও। সুরোং হাংলোক্লোই হায়বা। লোংডাক্লমদাইদিদা অদোমক্লিবা ওপাইচবু কয়বা ভুগীদো থওদেনে।

"তাওশিরস লাক্তা অঙাং নত্রে। অওইবদি নিংথৌবনা পিল-দোক্লনি.......হে য়া হুংঙাইখিক্লোগো বাঙিদি।

"কয়িনো খংদিয়েগী......হায়মা কয়িনো অত্তুদি?"

"হৈ লাংগমু মী তাখিদি।

"অদুক্ত কদাইদৈনো হায়বা? হাইবা মায়া হুংশিয়েগী।

"ভুমিক্লা ভাবে য়াক্রাও অহৃবু, ইপা হেক পাখৎলদনা। বারী তাদনা ইরাং তোগণ লাক্তা।

"অদো হাংবো কদাইদেনো?

"ঐখোয় খে লাল মরাদা লৈরমনি। ঐদি অহ'মবদা কিশুম-কিরুরে। মশিমক্তবু অশেংবা অমা খওতোক্লগে হায়দুনা গাড়ী-দগী কুমথদুনা য়ে'লুবদদি অঙাং ওইরমলবানিনে লাক্তা।

রাজু তাবদা লাক্তা অমুক্তং মথায় তানা নোকলুরগা মপু-রোইবদা হাইফেৎ য়েংলদুনা হায়রকই।

"ঐখোয় অনিগী অরাবসি উবদা ঈশ্বরনা পিনবীরবনি।

"অদা তাইয়ে, অহুম ওইনমক থানাদা অমুক্তং তাকলুদনদি হেক করিব্রদো।

মমা মপা খিবা থুগৎলবদি এখোয়না য়োকপা ঙারেনেক্কো।

"হোয়নে হোয়নে নংসিমনে।

"য়েংউনে তনোয় তনোয় কয়াদা · হুংশিন্নিলো। ঙোয়োক ঙোয়দনা মপোপ মতাংনা চাওন্নিবা। অসিগুম্বা অঙাং অম্বিবু উম্লবদা কয়বা মমা ওইবীগী থম্মোয়না ইংথনা লৈবা ঙমলমগনি। ...নীপা ওইরম্বসিদুম ইর'ক্লবক কৈ।

লাতাগী মতোদু উবদা উকীল বীনয় নোকক্লেং তোনা হায়রকই।

"করিগুম্বা হয়েং মমা মপা লৈরমহৌনা লোগে হ'য়রক্লবদি।

"অদু ওইরসু পীরম্লোইদম্রি ঐদি, মা 'গুক হুংশিন্নিশিবু।

নোং হেক ঙানবগা তনচৎ চৎতুনা থানাদা তাকলুরে। অদুবু কনানসু অঙাং অসিগী মমানি-মপানি হায়না চোংথোকপি-রকত্রে লাতাগী নীংবা থুংলে। অঙাং অদুগী মমিং অরুণকুমার হায়না থোমজিনা মচা শঙ্কা লুনা চাম্না য়োকথরে।

# অনীশুবা পন্দুপ

কনানা থঙগনি, কনানা হায়বা ঙমগনি। মতম অমদা নিংথিবা লৈরাং কয়াতনা অমদি লৈনম্না পাম্বোক্লবী লৈরাং কয়াগী ফজবা মীংথিবা খিবিক্লা তিল্লবা লৈকোল অসে ঙসিদি মাংলবা লৈকংলা মাতৃভূমিগুমথরে। লৈরাংগী লৈনমদা ঙাওরবা খোইমু কয়া পাইরক্লমই মতম অমদা। নিল্লমই শহুম কল্লবা খোইমুগী ঙং-ঙং হায়বা খোঞ্জেলনা। অদুবু ঙসিদি কনায় পুম্নমক মুপম-থঙমদে মায়া সমুক্রগী ঈরোনথংদা। চোংথৎলক্লখিদ্রে অমুক নৌরবা মরোল কংলবা পাম্বীদগী। অদুবু মুক্তাগী নাকদা খেংথিবা নাচোম তগৎ-তগৎ তেকপা শাকাইবতা ঙায়রিবা লৈরাংগী লৈনাগুম্ল ঙসিফাও—।

চহি ১৬ তা ঙায়রিঙেদা মীনমদা লাতা লুরোংলক্কই। মুংশিন চুনা চেপ্তকপা নত্তে অহলগী য়াথং মতুং ইন্না য়ায়া নৌনা মোগী শীংদা চপ্তকপী লাতানি। মমা মপা লৈথিদবা মতমদগী হোনা মীনয় য়ায়া য়ানা হৌরকখি। লাতাবু য়ায়া লুনা ভৌক্তে। মতম থরদি অরা মশক থঙদনা মুংঙাইরবা সংসারদা খোংদা মিয়রক্লে। অরাবদি কুইনা মুংঙাইমু তমখিত্রবোই অরুনকুমারবু মচা শক্ল লাতাদা শিমবীরমলগা মীনয় ভায়বঙপান থাদোকখ্রে।

মতম অদুদগী মৌনা লাতা লুপ্রা ওইনা ওসিকাওবা হিংলক্লি। থম্বাল্লা য়াম্না লেপ্লকপা চেংমঙ্গী কংলক্কী মীৎকী পীরাং।

× ×     × ×     × ×     × ×

অরুনকুমার হন্নক্কা ক্লাস সেভেন্থ তমলি। মতম লৈবা খিংক্কা মহাক্কি মাইতোন তাক্লনবা লৈ। মহারৱমা কয়া থিরগীদে থাং চাউই কুচু চৌই, মশা হনাপ তনাপ্লি। অতগা কিজেৎনি অচক লুবা কিজেং মপ্লে। য়া পংবা ওংহে মীৎলমক মরুংই। মতম লৈবা খিবিক্তা অরুনকুমারবু হুংশিনবা মীৎয়েংগী য়েংবা ছাত্র অমখক লৈ। অতৈ নত্তে ডি.এস.পি মাধবকী মচানুপা রাজেশ'ন। মমা মপানা রারকপদা রারপ থোক্লবা অমাংলি। ওজ্জানদি অকনা ছাত্রবু হুংশিনবা চাল্লি। মহা উরগা নপুবা ওক্লবা ছাত্রগী খোইদো শীকপা পল্লেংই। মহুমক থোক্লে অরুন-কুম'বদগ।

তুম্মিংত্তু চাক চাদনা স্কুল চৎপদগী চাক থাবগা মমুমদা চাক চাবা চৎলুবগী লেপ্লকপনি। মানা স্কুল য়ৌরকপদদি হাক চংলনা ক্লাস হৌনবমলে। মখোয়গী ক্লাসতা তারিখ সেবেন্ত অদুগী ওঝানু খাওদগী শাথীবা য়াম্না ফুগনবা ওঝা অমনি। মামা চংউবা মতম দদি রাজেশকী লাইব্রিক মাতলে হায়দুনা ছাত্র পূম্নমক হুমাং অনশা কাংনরমলে। ওঝা লৈপাক্লা মমীত্তা আলোকচুং উপ্পবা লৌথোকলুরগা য়াম্না ঈংনা রাজেশতা হংলক্ই।

"কদায় লাইব্রিদো রাজেশ?"

"ফিওমিথ্রিনি ওবা।"

"মুমদগীদি শোয়দনবক্তি পুরকইদনা ?"

"পুজরকই ওবা।"

"নচিন থৗঙ্ রাজেশ।"

"অচুবনি, পুজরকই ওবা।"

"মথোয় কনা কনা রাজেশকী লাইরিক থেংনবা য়াওব্রা ? নখোয়গী লাইরিক মরকতুদা রাজেশকী লাইরিক হেন্নবা য়েংউ।"

য়াওদে. থত্তদে, উদে লোইনমক খুময়রে। কনানম্ মহাকী লাইরিক থেংনৈ হায়নরকত্রে। তুমিন্না ফমলিবা অরুনকুমারবু য়েংলক্লনা ওবা মৈপাক্না থংলাউ লাউরকই।

"করিগীনো অরুনকুমার নংনা তুমিন্না লৈরিবদি ? উই নত্রগা উদে নংসু খুন্দম থোকইমা।"

"মাগী লাইরিক্তি অমুক্তসু উবত্রি ওবা।"

"অহুদি রাজেশ লাইরিক পুমমক চাইথায়ক্লনা নংগী লাইরিক মানবা য়াওব্রা য়েংউ।"

ফনা য়াম্না থিরুয়ে অহুবু ফংজ্রে। ওাইহাক লৈরগা মাঙখরে হায়রিবা লাইরিকতু অরুনকুমারগী লাইরিক মরক্তগী পুথোরক্লে।

"সিদা লৈরে ওবা।"

"কনাদা ?"

"অরুনকুমারদা।"

আহং

"অরুনকুমার!

মখোই মনা শংজোকপুনা লাউরকপা ওবা, মৈপাকী অকিবা থোয়াগুনি। টেবিল মথক্তা তাম্বিবা মপোপ চাওরবা য়াইগ্রিক পায়রদুনা মকোই নাল্লে-নাল্লেনা অরুনকুমারগী মনাক্তা চংলক্লে। ছাত্র পুক্কক মশা থক থক নিক্ক অরুনকুমারদা মীৎয়েং অপুক্তা ওইনা য়েংনরক্লে।

"উদে, থুড়দে হায়বদাই ছুম্লানব বদমাশ।"

পোয়রনা থোৎলবা অরুনকুমারগী মশাদা ছম্না হম্না কুথবা হৌরক্লে। মচু উরগা মাক্লেশতি পেম্না-পেম্না নোক্লি।

"ওবা ঐদি তশেংনা থুড়জদে।"

"করিগী থড়দবা নশাদগী মাল ফংলবমক্তদা থড়জদে হায়বা চংথরো চংলো কাসিদগী মপান পোকথরো। ওসিদগী নহাক স্কুল অসিদগী তাম্থোক্লবনি।"

× ×    × ×    × ×    × ×

"ইশ! নশাসিদি চৈফম-মক্তা কনাগা ফুনক্লই? হয় ইমাদা কনানা ফুরকপবো?"

"কনাগম্বু ফুনদে।"

"অদুগা চৈকমসিদি করিগীনো? কনানা ফুরকপগে হায়ুনে"

"ওঝানা।"

"ওঝানা! করিগী ফুম্বিবা?"

"লাইম্বিক হয়াম্লি হায়দুনা, এনা লৌবস্থ নৎস্থ মত্তনা।

"কনাগী লাইব্রিক ?"

"রাজেশকী ।"

লাতা লৈবা য়াখিত্রে খিন্দনা স্কুল য়োরক্লে অরুন-কুমারগী মমা লাকপা উবদা লাংলখা ছাত্র পুন্নমক তুমিন-তুমিন লৈনখি, অমগা অমগা তঙক-তঙক থোংনরকই ।

"করি ভোরে লাতা অতুক ফিংনা ?"

ওঝা কুঞ্জোনা নৌথরপ হংলকই । মশাগী হৈনবী অমা ওইনা লৈরক্লবা ওঝা কুঞ্জোগী মোং হাদবা ৱাঙাংনি ।

"য়া অমত্তা তাম্নজগে হায়দুনা লাকচরিবনি ওঝা ।"

"কারনিনা ?"

'লাইব্রিক হুয়াল্লি হায়দুনা অরুনকুমারবু য়ায়া শাথীনা ফুথীরক্লে ।'

'ছি ! ঐখোয়দি তাবু তাদেনা, নত্তে কনানা ফুরকপনি হায়বগে ?

"ওঝানা ফুরকপনি হায়রি ইহিং নাইহিং তানা ল রুবনি ওঝা ।

"অদুদি হাকমল্লিদনা মখোয়স্তু— ।"

"মংাক্তি স্কুলদগীসু তাম্মোকপ্রবনি ।"

চন্দ্রনা নারেন্দ্রগী য়াপাংশিল্লকই । ওঝা কুঞ্জো ইঙক ঙক্লা

"কনানা ?"

"ওঝা মৈপাক্লা... ।"

"করিগী মানা হেক তাম্মোকপা ঙমত্রা । ফরে চৎলো ঈবেম্মা

ঐনা ফনবা শীল্লগে। পুংজাইতগা ভৌকপু ইচেম্সিদি। মাবু মুংশিনদুনা মুবা ওইরমলোই। মাবুদি মুপন্সিগী ওৎনা শিংনা মরুম ওকই লাইরিক কৈ হায়দুনা ফূনা তৌনরিপোৎনি। অদুগা অরুণকুমারবুসু হয়েং লাকহন্নবা তৌগদবা থুগাদেদুনা ”

“অদুদা ওৎনা খর কিনবা খংনবা মতুংদা অমুক তৌদনবা মুপীরকপা ওইরমলবদি পোইদোক্না ফরমগদবনি। অতদি নত্রদুনা ঙক্কম মরাং থডত্রিবা অঙাং অসিদা মনম তংনা যৈবীরকপসিদি মাবু কনা লৈতবনি খনদুনা তৌবীবা মাল্লিনে ওৎনা।”

“ওম্লরে লাভা মতম্না খনগদ্র। ঐপোয় খায় লৈরিবসিদি সাগী কবি রাৎকনি। মানা লাইরিক পোরমপনি হায়বসিসু থাঙদে. ফনানা বমদৌনা তৌখ্রিবগে হায়নদো ঐ কুপনা অমুক্তা থিজিল্লকথিগে। চৎলো চৎলো অরুণকুমারবু হয়েং লাকহন্দবা তৌগন্নকো।

# অত্তমশুবা পন্দুপ

অমুক ঙথানি, ওঝা কুজো লাতাগী যুমদা লাকই। অরুন-কুমারবু ঙরাং স্কুলদা লাকহন্নবগী মরিদা থর শাউরপ চাংলমলগা তপ্পা মথা তায়কই।

"অতৈ অমনা ওইরমদ্রে, ঐনা কুপ থিজিনবদা ডি, এস, পি, মাধবকী মচা রাজেশ হায়বত্থনা ওইরমলে। করিশু চিংনমিংঙাই লৈতে। অরুনকুমারগী মহুত্তা মহাক ঙরাংমক স্কুলদগী তাম-থোক্লে হোৎনবনি। অদুবু মপা লাকতুনা হায়জরবদগী মত্থমক্তি তৌখিদ্রে। অদুগা ওঝা মৈপাকন্নু হন্দক্তি থর শাথিনা ইকাই-খগুম তৌনা উই ঐনস্থু থর রারোরপনা চাংথরবনি।"

"ঐদি তাদথোয়না হেন্না থঙবীরিবত্থনিদো। হন্না য়েংবদা কনা উত্রবা ঐনিদো, ঐগী হায়ববু জ্ঞান লৈত্রিবা অঙাং অসিম-থক্তা। ঐগীদি তাদদা পুমশিন শিন্নজরিবসিনি মওক-ওক্তা পুন্নমক।

"রাগন্নু লাতা, অত্তম্না থম্মোয় পীকথনা লৈগদোৌবা নত্তে। অরুনকুমার হয়েংমক স্কুলদা লাকঙ্গু। নৌরিবা অঙাংগী থোঙ্গা মমা ওইবীগী কল্লবা প্রেম্না অরানবা লম্বীদা লমজিংগন্থু। অঙাং লুনা তেঁগন্থু শোয়দনা মাঙগনিকো লাতা। তৌগদবনি তৌদবা য়াবা নত্তে, জগত্তা ইচাদগী হেনবা লৈতবনি। অত্তমক ওই-ত্থনস্থু মফম মতম নাইনা তৌগদবনি। পূজি হায়বসে অমা অনা থুর নংবা তাবনি। অথুম্না অন্নাবা বাখলদা থুমিৎ চুপ্পা

তাউদ্রনা লৈরবদি করম্না নগা লেপ্পা ঙমলকনি। ইচং থৌনা পুক্সি লাম্থেংনগদবনি। অদুম্না ওইস্নোইদব। রাখলদা পুক্সিং শোম্ননা লৈবা য়াঁবা মতম নত্তে, খঙলেদনা লাতা।"

য়াহৈ খরসি হায়রমলগা কুজো লাতাগী য়ুমদগী লোকখ্রে। হস্তুক্তি ওঝা মৈপাক মহৌশা নংত্রে, চৈক্থু খর হল্লপ তৌই। থোকখিবা অরুনকুমারগী ঘটনা অমদগীনি। রাজ্রেশকী মপাবু ডি, এস, পি, মাধবকী অহাউবা থোল অমমক নংলমত্রবনি ওঝা মৈপাকী চৈক্থু কৌরমগনি হায়বা থাজদে। অচুম-অরান খিদনা জ্ঞান লৈত্রিবা অঙাংশিংবু তমখিনা ফু-চৈবা অচৌবা শয়াল অমনি হায়বসি ওঝা মৈপাক্তদি অনৌবা পাড়া অমা ওইনা থোকই। মহৃনা অঙাংশিংবু অস্রকী মতিক মীপাইবশিং অপীকপা মরাল মচা অমগীদমক চৈশিং কত্তনা ফুবা হায়বসি মতম লৈবা থিবিক্তা অরানবা লম্বীয়োমদা লমজিংগল্লি। ওঝাদি য়ুমগী ইমা ইপাদগী হেন্না মথোয়দা দায়িত্ব লৈ।

লাতা মচা অরুনকুমারগীদমক লৈকায় পম্বান লাম্না থংনবা ঙসিদগী অনৌবা থৌদোক অমা ওইনা থোক্লি। অঙাং নংত্রে অরুন ফনা নিংথিনা মচাওরবনি অদুবু লাতাগী মমীত্তুদি ওরাংগী অঙাং মরোল থোকত্রিবা নরা অমগুম্না উরি। অঙাং অসিমক লৈরমদবা থোক্লবদি লাতা ঙসি সংসারসিদা হিংদনা লৈরমথিনি হায়বা থাজদে। কয়াগী মতিক অরুনবু লুনা তৌজবগে হায়বহু ঐনা ইবতনা মরাংলগনি। অরুনকুমারদি

মংবু পোকপা অপেংবা মম মঙ্গে হায়বসিদি থওদুবা নংত্রি। লাত্তাগী দুনা ঃতৌকবা মতৌপা কনানম্নু চীন কাংথোকপা ওমংনা লৈরম্ব্রি। অদুবু .রংসি মতুংদা পোক্লগবা !

রাজেশকী অপ্পাব মীৎয়েংদি হেমা হেমা চেংশিল্লক্লি। ওসা ঃকথা মতমদা অরুনকুমারন্তু ফুবা হায়বসি মহাকী অচেৎপা ৱাখল ওইত্রে। অদুবু অরুনকুমারগী চেং হান্বা, মীতোপ্পা ঃঅয়াম্বা চঙবা মরু ওইনা মহাকী মকমদা লোংমন্তুন্নু অকায়বা বা ওংলপ্তবনা পোইদোক্লা মহাকী ভাঙা কাংথিদবনি।

অরুনকুমার কলেজ অচানবা কাগদবা চটিজি। মোনা কারক্লিবা ছাত্রশিংগী মফমদদি পোইদোক্লা হয়াওনিংঙাই অমদি মরোমদোম চাওথোকচনিংঙ ইনি হ স্কুলগী পুন্সিদা কত্তাংদে। অত্তাংমচা অমগুম লৈরম্বদগী কলেজগী পুন্সি হৌরকপদি অনৌবা সংসার অমা কংজেনমুক হয়াওজরবনি। মসি অরুনকুমারগী মফমদদি থোকজরা ? থোকই করিগ থোক্তনি, হস্রাওই গুংঙাইটৈজ কলেজ ত্তমলগনি হায়বগী আশাদা চাব ফাওবা কাওজরিবনি। অদুবু থক্করবদা মহাকীদি মুংঙাইকম সুংলৈ লৈতে। চমাদৌগ্নিবা খেলঙ্কাম মিং চনবগী, লাইব্রিক লৈবগী, সাইকল লৈবগী। পরিক্ষা পাস তৌরকনি থম্মুবদা হুমাং অমম্মা কাংলবী ৭মানি। করিদা লেপ লৈত্তবনা। পু পাং ওবা নাওয়োকপা মচা ফাওবা লেংপা চাবদা মনিং থুদেরকত্রবা মতম অসিদা করিত্র লৈত্রবী দুম্রাবী মহাকীদি করি উপাই লৈরুগনি। থক্লবদা অমম্বনি।

হৌনদে। অহুগীমু মথক্তা করিনো নংনা হুজিক তৌরূগদবা থনক? ঐমা ঙম্মৈ হোৎনগনি, ইশা মীনাই ওইবম্মু ঐ করিমত্তা চীংনবা লৈদ্রে।"

মনজুনরবা ফি মত্তেক অমা ইল্লহনা লাতা খোঙ্গাল বাংমা লানখ্রে। অরুনদি মাঙোল উথোক্তেন্দা লেপ্লুনা বাখলদা ইয়াক্লহোই। বাখলগী পলেপকম লৈতে, খনবগী লোইবা নাইদে। কাদা অমুক চংহনা বাখলদা লুপলুরে।

"অরুন— অরুনকুমার।"

"কনানো, চন্দ্রা?"

"মাগি. কৈদৌরে লাকত্রবদি?"

ঙাংন-ঙাংনা অরুনগী মনাক্তা চংলকতুনা ফমল্লে। ঙাই-ঙমদনা হংজিল্লকই। শাউবা মানবা চন্দ্রগী মাঙাং মতম পুম্বগী নি খোইনা ঙকলুনিঙাই লৈতে। অরুনকুমারগী পীক্লিবৈগী মরুপ অচানবনি।

"হা কৈদৌরবগে লাকত্রিবনো? নখায় হুংঙাইত্তনা উই ইমান করি হায়রবগে? নং অসিমা হুমিৎ চুম্মগী চিঙ্খাদা হেক তৌরনা লৈবসিমা—।"

"ঐ লাইরিক তখা তোকপা ভাবে চন্দ্রা।"

"অওইত্রনে? ইমানা তমলমু হায়রবো?"

"হায়দে।"

"হায়ত্রগা করিগী তোকদেরিবা। খর খুমাঙ চাওশিন্না

হোৎনহৌরবদি সিট অমুক ফংদ্রুনা তৌরনি।"

"ঐনা হেন্না থুনা চন্নিংলবনি অদুবু চন্না নংনা হেন্না খঙলি মতুনি —— ইমাস্তু উপাই লৈত্রবনা কোকপী ঙাওবনা চেল্লবনি।

"অতুগী দমক্তবু নংনা হেঞ্জিন্না হেক রাবীবসিনা। ঐখোয় পাবুংনা ঙসাইদগী হংলিবনি নং লাক্করোইদ্রা হায়না। লাকও চংসি নং লাইহৌনা লৈহৌরিবনি।

"ঐ ইকায়দা চস্ত্রা মতু তৌকসিদা।

"মতুদি নংনা ঐবু কন্নিস্তু 'জুংশিবীদবগী রানি হায়বা"

"নংনা হান্না হেক শাগীগংলকপসিনা, করে ইমা পাকপা ফাওবদি চাইখিসি।"

# মরীশুবা পন্দুপ

ডিমাপুর রোডনি। এ,ও,সি,দগীনা চৌংথৈরোং রোরমদাই ফাওবগী লম্বীসি অমুক অঙনবদদি হায়রক্লেং চিল্লি। অমগা ২ চিংন-চাইনা ঙম্পোং নত্তে। পুম্মক মথো চিনবা মক্তনি হাই-রেকং কম্না কম্না থোঁনৈ। মুপীশু কিপাস্থু তুশিল্লগা শিরোই-দোঙ্গুম নীংনৈ। অরুনকুমারসু প্রাক্তিকেল য় ওবা নংলরে'ই হায়দুনা কৈজবী থাদুনা খোঁরকপনি। মহাক্কী শাফু মল্লবা খুংথো অত্তনা ম'থদা থোঁরিবী মমাই মাবী তোঙ্গানবীংগী স'ইকল মনীংদা অমুক্ত' রাঙশিনবরু মনীং থংবা নাঙা ওইরম্ম অরুনকুমার শুপাত্রেক-নাত্রেক তাই। মুপী অচৗগী পাথংনা লাউরকপা—

"ইমা – শিরে—।"

কৈশাবী ময়ামচুগী পুঙপ নোক্লকপা খোঞ্জেলচু তাবদা অরুনকুমার জ্ঞান থংডা তাই। অমুক্তং কৈদুনা রেংলুবরু শুম-হৎয়াই পুরবি লাইরেম্বিচু কোলাম্ন মথকতা নিংথিনা থুন কৈতানা ফমদুনা কৈরমলে।

"কৈ কদৌ ঙাওশিন্নরিনো?

"শোক্লব্রা!"

"শোক্লব্রা কা হায়নে মমাই ইঙাও ঙাওশিম্মরদনা—।"

"রারোবিরমু ঐনা লানবনি।"

মসি হাররগা তুরিবা শকহেনবিচুগী পাড়িচু হোগংপি.

কোইয়েং য়েংশুরগা থর মুকথবপ তৌনা হায়রকই।

"রিম থর থোযরে——রাস্নোবীরনু ঐ অহুমক শেমজন্নদনগে।

"শেম্বীত্রবস্তু য়াদি, নং কনাস্থু শেম্বীয়ু হায়দে।"

"য়াম্না শাউরব্রা মেম্মা ?"

"করিনো মবু গাড়ীনস্থ তকপিরগ শ উরব্রা অমুক হংবীরি-সিবু পাশি-থ নৌ থর লৈবীত্রা-ও ?"

মাগী রাহু তাবদা ওসাইমথৈ তুমিন্না লৈবস্থি লৈশাবীশিংদু অফিং অফাই ওইনা য়া লাউনা নোকথোরক্লে। অরুনকুমার মমাই ভাংলপ লুকথনা থাংই।

"করি তৌরে মেম্ম ?"

হন্না য়েংলুবদদি রাজেশ তুংদা লেপতুনা লৈরগনে। ইথল থওহৌদনা মবুংনা তুংদা লেপতুনা লৈরম্বন্থদা প্রিয়া স্বায় লাউই। নোকফেং তৌনা—

"কৈস্থ তৌদিয়ে তাম্মো, অহবুবো গাড়ী থে ভিন্নবিবা।"

মাগী অরানবা পাউথুমন্থ তাবদা ময়ামগী মরক্তগী অমনা থুমলকই।

"নত্তে কৈস্থ মাংদা লেপ্লিবা নিপা অসিনা থেংজিন্নক্লিবনি"

মতম কুইনা ভাইরক্লবা তাংলব তাঞ্জানি। রাজেশ চিনবান্দা হাইফেং নোকচৈ। মাংদা মরু লুক্না লেপলিবা অরুনকুমারবু য়েংলহুনা হায়রকই।

"অরুনকুমার থোদোক অসি শীন্নিবা ঈশ্বর মাবু থাগত্তবা ওমদে।"

"হায়বদি ?"

"হায়বদি প্রিয়া রাজেশকী মচনি, অতুগীনু মথক্তা মথাংগী রা কাওরমথিরোই হায়নস্ত্র খল্লি।"

"পুন্নমক ঐগী ইরালনি, ঐবু ঙাকপীয়ু মরূপ।"

"ঙাকপীবা—! নোক্তবা ঙমদে অরুন। ভার কেশো—

মথোয় অঁনি চংষ্ণনা অরুনকুমারগী মথক্তা ফুথবা থৌরক্লে। অরেপ্পা লৈতনা হাইথরকপা চৈম্ফু খাঙবা ঙমদনা অরুনকুমার নালা তন্না হাইথরক্লে। মতৌ অমু উবদা প্রিয়া খামশি খাম-ঙমদনা হুমাং অনপ্পা কাংনা ইলেক লেকথনা হাইথখ্রিবা অরুনবু নিংশা থীনা য়েংলকই। ময়াম ওমশিন্নরক্লবা মতুংদদি রাজেশ অমদি কেশো মীরক ফাওহুনা চেনখ্রে। খুদক্তা থমাগী গাড়ী থেংনহনা রাজেশ অমসুং কেশো ইম্ফাল থনাদা পুশিনখ্রে। জ্ঞান তাদনা অশিংবগুম তারিবা অরুনকুমার এম্বুলেন্সনা হোসপিতাল তান্না পুখ্রে। ময়ামগী মরক্তগী প্রিয়া মীৎলু পিরাং ঊহৌনা য়েংহৌই।

জেনেরেল হোসপিতালদনি। অরুনকুমার হুক্তিককাওবা জ্ঞান লাকখ্রি। মচাগী তমথীবা পাউমু তাবদা লাতা অঙাও-বিগী মতৌগুম মফি মরোল শেংকনি হায়বা খল্লবমথৈ হোস-পিতাল তন্না চেল্লক্লে। তৌরম্লিবা মচাগী ফিভমমু উবদা লাতা থোঞ্জেল খাংনা মচাবু কৌহুনা কপলকই। অহল ওইরপ তৌরবা ডাক্তর অমুনা ঈংনা হায়রকই।

"ইবেম্মা মহাক করিমত্তা তৌররোই, শোয়দমা ফরগনি। লাংলগা মতোন্দা রাগনি তুমিন্না অমুক্তা লৈসি করিশু নিংশা থীরুগনু।

ওসাইগী লৈশাবী ময়ামতু চংলকতুনা ইকোয় কোয়না অরুনকুমারনা হিপলিবা ফমুং নাকন্দুদা লেপলরে। প্রিয়াদি থোঙজিন মপান্দা চেপতুনা চেরি পেরি তৌনা লোৎনা য়েংজরি। পুংথায়মুক লৈরগা জ্ঞান লাক্লে তুশিন লৈয়ু ৱায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরকই। লাত্তা মচাগী মতৌ উবদা হরাওনা হংলকই।

'অরুন থুর ফরম্র নবো?"

"হয়া!"

মথা তাখিত্রে। ওসাইগী থোদোকতু নিংশিংলকই। খল্লরগা। মথপ্মোয় হেন্না হেন্না চাক্লকই। মোন্দা মমাই উপশিন্দুনা হিক্ল হিক্ল কপলকই।

"করিগী কপলি কপকনু। করিগীদমক ইচানা কপকনি। নংগীদমক ঐ লৈরিবসিদি। হায়ু শীশকশিংহ্ কনা কনানো?

পাজল শোল্লবী মাগীনি হায়বদা কনা লৈত্রবগী লাইরবী লাত্তা মচাগীদমক্তা পাম্বোম তিংলকই। লৈতনা অমুক্ত য়েংলবদি লৈশাবী মযাম্না মাবু কোইশিন্দুনা লেপলম্বহ্ মহাক্কী মমীত্তা উরক্লে। অকোনবদা থোঙজিন মপান্দা মতু ইপোন পোম কপ্লিং কপ্লিং তৌনা লেপলিবী প্রিয়াবু উরকই।

"হায়ু মশক অমত্তা থত্তহৌজবর?"

"অঙুবনি ইমা ঐ ভান অমত্তা তাহৌত্রে কন্নি করম তৌখিবনো ঐ নিংশিংবা থে কত্রে "

মাগী রাম তাবদা প্রিয়াদি কক্লাংদা মমাই উপশিন্দুনা হুদন. নাবা খম্মোয় চৈনা খাগুলকই। অশেংবদি অরুনকুমার প্রিয়াগী মতৌ উবদা হায়দোক্লরোই হায়না খনখিবন ভগি পুন্সিগী অহানবা অমা ওইনা মখাগ মীনমখ্রে।

'ময়াম ঐগীদমক ওহ্বোক্না রাবীংম্নগনি।'

'ঐখোয়বু বাগৌগীগ্নকো হকচাং খর ফয়বনিনা ঐখোয় অমুক য়োঙ্গরে, মতুংদা অমুক লাকচখিনি।"

চংলমদাইদা প্রিয়া অরুনকুমারদা অমুক্তং হুংশিনা য়েংলম লগা খাংনিংদবা খোঙথাংনা মমাম্নবা ময়ামগী মতু দা তবি ২ ইমখ্রে। চু-ফিরাল চানা নিংখিম্নবী য়েংবদা পুক্নিংবু গুম্মাংলবী লৈশাবীগুনা তৌমমলিবা মতৌ অহু উবদা লাভা মচাগী মাই-খোঙদা চীংনম্নপমা য়েংলকই।

চন্দ্রস কলেজদগী লাউ জামঙনা থীগ্দুনা হোসপিতাল য়ৌরক্লে। অচত্ মানা থুংলুবা মতমতদি অরুন য়ুমদা পুথখরে হায়জুনা লৈরমখ্রে। পঙ্করবা তেংদনা অরুনগী য়ুমদা লাক্লে। লাভাগা চন্দ্রগা খোঙ্গালদা মাইয়োক্ননা উমরে। চন্দ্রা ফিংলপন—

"ঙমা কদোমদা ?"

"হিদাক লৈরুগে। চংউ ইমুংদা "

"হেক তাবগা চেক্লিবনি, কয়াম থীনা শোক্লবগে ইমা ?"

"কোক্তা খজিক্তং শোক্লে, ফমলম্মু ম্রাম্রী শাখিসি ঐ থূগা লাকনি।"

চন্দ্রা ঙাইহাক মুমা খল্লুরগ' মথা তারকই।

"প্রিয়া হায়বদি?"

"মহাক ম্রাজেশকী মচননি"

"করি কলেজদা তমলিবা?"

"ঐদি সুকখঙ খঙদে ঙসিদং মশক খঙজবগী ম্রানি।

"স্নংদি সুংঙাইতেহে ঙায়"

"সুংঙাইতে চায়দ্রনা কমদৌনি, মখোয়গা মামকরগা ঐখোয়গী অমাঙবতা ওইগনি।"

"অদুগা সুপিহুদি করি হায়রম্মী?"

"মীংয়েংদগী খঙবদি মহাকসু থর সুংঙাইখিজে।

"মশক্তি খঙহৌবিদনা?"

"মশক খঙলগা করি অমুক কাম্রকখিনি।"

"থর খঙহনবা চুম্মী, ম্রাম্না উইশিংমন্দে।"

"করিনী মহাক্কী মরাল নৈতেনে চন্দ্রা।"

"ফরে ভোক্রসি সাধুগা ম্রা চাংনবা ঐ পামদে। কলেজ য়োক্রখিগে অমুক থুনা লাকনি। হৌজিক ফাওবদি হকচাংদা থোইদোকপা অম্রাবা নৈত্রেদনা?"

"নৈত্রে, মতুংগী ম্রাদি খঙজি।"

# মঙাশুবা পন্দুপ

"কৈদৌরবগে মীনা কৌবা ঙাংবা অমত্তা খুমদ'মথৈ চংলি-সিবু লাই ওক্কক্করব্রাও নংবু ?" কমলাগী হাকু ভাবদগী প্রিয়া জ্ঞান খর লাকপগুম তৌই। শোম্বাংননা হায়রকই—

"অত্তম ঙাংউ কৈদৌরবগে, ঐ ভারিয়ে।"

"করি হাথুলদবু লুপ্লিবনো থঙদে, নহানগী পাঙদবা তুমিন অঙাওবগুদি ফরে হাবব্রা ?,'

"কনানো ?"

"ওম্বোক্লা থুনম্থ কাউইদা। নখোয় ভাম্বোনা ফুখিবা পাংদবত্থবু হায়বনি।"

"ইহে মা ওইরে, কনা খঙজনো।"

চীনবাম্বোঙদা হায়দোকলুরবস্থ থম্মোয়ম্ব'দদি ওমচাক্করকই। ঙাইহাক তুমিন নৈরুরগা মথা শমথনা হংলকই।

"অত্থবু কদায়দৈনি হায়বগে নংবু থঙব্রাও ?"

"হায়মা কনা খঙজনেগে, ঐদি নখোয় অনি খঙনবোই নীংই।

"তুমিং অত্থনা মহাকপু উবা অহানবনি অমস্থং অরোইবস্থ ওইগদৌরিমাম্নে। তুহিং অত্থদগী ঙসিফাওবা অমূক হন্না উগে ফংথিস্রে। অমুক্তং উম্মরবদি ঐগী ইন্নানসে ঙাকপীয়ু হায়জখিনি।"

মসি হায়রুরগা প্রিয়াদি নপী ঈরা চেল্লক্লে। কমলা না মথা তাখিল্লে। হায়রুরগা প্রিয়াদি নপী ঈরা চেল্লক্লে। কমলা না মথা তাখিল্লে। হায়ক্কেং লুংঙাইতবা অমা পোকই মহাকসু। সুপী ওইবীগী থম্মোয়নি করিগীদি লুংঙাইক্নম খোঙনি।

মসি ওয়ানি মরকসি 'লাতাগী নফমদা থজিক ফুঙ্গাইজ' অম পোল্লক্লে। নুমিৎ খাঙুম য়েংহুনা লৈজরিবা অরুনকুম মনা কিভম থর কাংলাক্পগিদা থবক সুরম-চংলম মঙম থর শাল-জরক্লে। অরুনকুমারনা লোংতুনস্ত রাজেশকী কাংবুনা তৌরকপা অত্যাচারনি হায়বসি দি লাতাদি থঙলবনি অত্রু মপাঙ্গল থাকপা ইঙম ঙমদে। মসি নিনি তবে অরুনকুমার হাম্নগুমা কলেজ কায়কপা। নিংথা থীব অমা পোকখিবনা মমানা চাওথেন খোক্লক্লে। পাথংশু মফাম্নবনি অফ-কত্ত থঙলব' অরুননি অপুনু লাতাগী মমীত্তদি অঙাং অমগুম্নদা উরি। ওয়া'দা মরুকী ফিজি পারজুনা ইল্লবা অরুনকুমারদো ওইরিবোইদ মনিংলি তাজানা চাকবদি সঙকী মতাইদা চংলু গাড়ীনা খোকনি হায়বকাওবা চৎলমদাইদা হায়রিবজাংনি। অরুন মমাগী মত্তোঙ্গ উবগা ইশি শিনা হেক্তা নোকথোকই।

কাংলৈগী লুংশানি। লাংবনগী মুংশা মীপুম থুদিংনা কিনৈ। ছাত্র ছাত্রি পুন্নমক উখোং ন থোং উরুম লৈবা জগাদা পুল্লপ পুল্লপ কমহুনা লুংশাগী বৈশ। থাংমরক্লবা মতম্নি। অরুনকুমারগী কলেজ কম্পাউণ্ডগী হৈনৌ মখোদা ঝাখলদা তাউরি। তা'ঙা অসিদা লৈশাবী অমথক চং'কতুনা চিঠি থাও অমথক পীরমে।

"প্রিয়ানা পীরকপনি।"

"কনাগীদমক?" অরুনা ওরূপ খুম্মী।

"অদোমগীদমক।"

"ঐগীদমক। করিগীনো?"

"মরম অতৈদি ঐশু থোইদোকপা খঙজদ্রে।"

অরুনকুমার হাইকেৎ ওকচানৈ চিঠি থাইদুনা মীৎ কুপ্তনা যেংচ। হয়া' য়েংলুবদদি লৈশাবীদু ফনা য়াম্না থাপ্না চৎথিরম্নে। হাংদোক্লুনা গে ংই চিঠি য়াওনমদে। ফোটো মচা অমখক্তংদি মনুংদা য়াম্নরম্মী। তেক উকবদা পাং লাউই। হোথিবা থোদোক্তো মীংথিং পকই। গাডী থেংতিন্নবা, ফবুংনা ফূবকপা—। নোকফেৎ তৌনা পাংথিরগী মতাংগী ফোটোদুদগী অরুন মীৎকম হোংবা ওমথিদ্রে। মনম পস্নোকতুনা য়েংলুবদা রাহৈ থরূসি হরম্মী—"রারোবীসুক্তো শংদবী বুঙাকপীসু।"

"হেলো ওরুন" হায়নি, চংলুকতুনা অরুনগী মনাক্তা লেংক লাউনা পামথনকই। মপা তারকই—"ওহোস্ক চিক্না কম্লীবদ্রেদা।"

"সুম রাখল ফম থঙ্গুরক্লিংনি।"

"কনাগী ফোটোনে য়েংসিদনা।"

"তানংদুনা খুনর্বানি কনানো হায়দুনা য়েংলম্লিবনি।"

"খি প।। জি পি কলেজগী ছাত্রিনি। মশক্তা মওম্পা রাগুবী ডি, এস পি মাধবকী অমত্তা পোকপি থাদোই। আপা লৈবীরবদি ঐগীসু শক্তি লৈ।"

"মদোমদা পুথোকপীগনু ঐ য়াম্না চম্না থজৈ।" ওাংনবা য়ার-বোই থন্দুনা জয় ফুক হোগৎতুনা চৎলে।

"তাম্মো অকুন।" বীমোনি, খোল নোথরপ কৌব৺ই। অকুন ইকক ওক্না—

"বীমো নঙ্গ্রনে।

"মায়ে মায়ে ওম্মোক্না খুনা কাউবীশ্রেদকো।"

"উম্নদবা কুইমন্দনা শকপু লাকশিনবা ওমলুদ্রে।"

"ইমা নাই হান্নবু—?"

"হোয় খরদি ফরে, নখোয়দি কমদৌনা খঙই?"

"পাউ লৌবদি য়াঙ্গেনা" প্রিয়াদা হাইরপ য়েংই, মধা তারকই "রিপোর্টরনা অসুক য়াম্না ফরবদবু।"

ঙাইহাক্তি তুমিন তুমিন লৈনৈ। চৎনা চৎনা প্রিয়ানা বীমোদা খুক্তিন্না কম্নপ শীক্লকই। বীমো নামন্দুনা শুগৎতুনা খাঙই।

"কুমশিদি প্রিয়া ভোট লেপকদৌরিয়ে।" বীমোনা অচিকপা খুগায়বকই।

"হায়ক্লবুবা নংসিমা তনখ্রে।" প্রিয়াগী ইকাইবপ তৌব রা-ঙাংনি। মকা ফম্না ঙৌরম্বী মাইথোঙনি অতবু হন্দক্তি ফনা থীন ঙাংশিন্নকপগুম তৌনা উই। মহাক ইতৈ হৈনদে। অকন্দ হুরান হুয়ান্দুনা য়েংশিল্লি। অকুম্না লৈতুনা য়েংখোরকপদা অমুক অমুক মীৎচানৈ। প্রিয়া ইকাই মুংশি য়ান্নবা মোমোন নোক্না লুকথজে। মখোয় অনিগী মতৌ উরগা বীমোগী মুংঙাইবী থম থেংই। মধা শমথরকই বীমোনা—

'তাম্মোখোয়না থরা' হোৎনবী'তাবেদনা।"

"ইতিক্কি নত্তে অদুবু হোৎনবা হায়বদুনি।" অরুম্বা শোম্লপ থুমই।

"ঐখোয়দি তাঙ্খোখোয় • থ্বায় ময়াম লৈ হাম্বদুনা তৌজবনি।"

"ভোটকীদমক্তি য়াবীরুম্নুদা এজেন্ট ফরগা লোইরেদা।"

অরুনকুমারদা হাইকেৎ য়েংলুরগা প্রিয়া খোঙ্গ নিরূপ তৌন হায়বকই।

"এজেন্ট ওয়বীনবস্তু লৈজদে ইমাম্নবা ময়াম্না য়াদবদগী লেপ-লিবনি ঐদি মবনস্তু অমত্ত থক্তজদে।"

"হৌজিক্কগী হোনা মী খোমজিনবা হৌবা য়ারে। মী ফাবা হৈবা খোল শুংশিকনবা মীনা য়ানবা চৎপা য়াম্নমক দরকার ওয়। ভাংবা ফত্রবদি মীনা উশিৎলোই। Candidate অমা ওয়বা তারবদি কিথি কিকম তৌবা যাদে। প্লেট ফোর্ম অমদি স্টেজদ বা ভাংবদা মায় কনবস্তু দরকাব ওয়। ডিবেটতা ইচং থৌবা মী বিদবা, মুরুবা থমদবা পুম্নমক্পু wel-come তৌগদবনি। অদুগীস্তু মথক্তা কলেজ অনৌবা কারকপা ছাত্রনা ভোট লেম্বা অয়ায়বা থবক নত্তে। অদুবু করিস্তু কিনিংভাই লৈতে। কলেজ অদুগী মচিন তোংবা, মী লাকশীনব ওম্বা ফাম্ব থিখিবা তাই। মখোয়বু ফাজিনবা ওমহৌরবদি য়ানিংভাই লেত্রে।" লেপ্তুনা ভাংথরকপা অরুনগী য়াঙাংনি। প্রিয়া মন্ত্রনা শুমংৎলবীগুম তুমিম্না তাবি। "চন্দ্রগদ থক্তনবা থরস্তু মরৈরম্বা য়াই, তৌখিবা চহিগী জেনেরেল সেক্রেটরিদু মখোয়গী মচেশিংনি—মঙোন্দা অমুক্তং তানখিগে অমুগা বীমো নংনা নোংমা পীরম্বা ফেংটোসিমগা পায়-শীনবীখ্রো। মসি ঐঙোন্দদি থোইদোকপা কাম্বা লৈজদ্রে।"

মীমোংগী থুম্বা কোটো শীন্নরম্লগা অরুনকুমার হন্না কাওবা য়েংলমদনা চৎখ্রে। মীমো অমদি প্রিয়া ওকচাংনা অচুম্বক লৈহৌরে।

ঙসি অয়ুক অঙনবদা লাকোগী "শুমাং মত্তোঙ্দা ভিক্ষারী অমা লংকুনা পাম্না এপরাগ য় ৯০ মুংশিরবা ইশৈ অমা শকখি। ভিক্ষারীগী মুংশিরবা ঈশৈ অচুনা লাকোগী থম্মোয়দা অকনবা ঊথক অমনা হোদর্বান থুম্না ইহে ররক্মী। চহি ৯০ গী মমাংদা লৈখিদ্রবা মহাক্কী মুংশিজরব মপুবোকইবদো নীশিংলকই। চহি কুমজা কুমওম্না নংশ্রব, মতম কুইনা পয়ন অকাউ পাইর চনশ্রবা মাবী ঙসিদা পোক্হোংনা নীংশিংবনই— "লাম্না অরুন কুমারবু শুনা ত্তৌ মহাকপু থক মীবাংয়গনুকো।" কায়নরমদাক মীৎকুপ্লুদ ১থুৎ পায়দুনা শীন্নবীরম্ব।

"কন্নিগীনো বাবানা মুংশিরব ঈশে শক্লগা নমীওগী নপি অরৎপা লৈত্তনা শীঙ্করক্লিবা?" ভিক্ষারীগী মুলিদং চেং হাপ্না ২ হংলকপা অরুনগী রাহনি। ভিক্ষারী খুনদে, মাৎদুগী পিরাং হৈল্লিবা ফিজিনা কৈথোকই। হায়রকই -

'হৌওরবা পুন্সিগী ঈশৈনি, হৌখ্রবা পুন্সি অক্লুগী। ঙসিগী নুমিৎ অসি তাথ্রগা হযেংগী হনুং ওলদ্পা। চৌথো যিচুপ ওলদপা পুংকমদা চহি ১৩ যপুং ওযরগনি। মঙ্গল ওয়যু ঈশ্বরনা নংবু য়াইফ মঙ্গল পীরবীবা ওয়সনু।"

মহাক্কী নীংবা কায়রবা পুন্সিগী ঈশৈদু শক্লদুনা ভিক্ষারী সড়ক তাবা লপী ফংগ্রে। রাংখংদা ভাইহাক লুপলুরগা অরুন ভুং হন্না য়েংলকপদদি লাতা দারী মপান্দা ফমদুনা কপ্লখী।

# তরুকশুবা পন্দুপ

মীনা শেন্দাং পাইবগুম্লে। প্রিয়াম্ভ কন্না শীনবা লাংবা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎলবি। মযাম শরক চংবা তন্দুনা অরুনকুমারদি ভডুম্নক থোরক্লে। পুক্লিংনগা খরা খোয়বাং খোয়শাংনবগা থওযনা মথৱায় তাবমদ্রে। One act play অমম্ভ লৈ হাযবনি অডুবু ভসিদি অরুনকুমারবু নৈম্মে খিয়োংগা চংখিদ্রে। মথা হাইফেং শাই। তান ইচা চাদনা কোক চিকখৎলকপঙুম ভোউই।

"হায়মা তাম্মো!" বীমোন, গার্লস কমন রুমদগী চংহোরকই। নংহৌবরোই মতাগুম শবাই লুতোন্দা লংব্রকই। "লাম্নরোহৈদ্রা হায়না কয়া রাকবে, চৎলগেরাও?"

"হোয সিদা নৈরুবগী কবি কাম্নবি?"

"ময়ামগী থবক্লিনা কবিগীম্ভ কাম্নরোই। ভোত্ত বাবীখিবগী কবিনো খুদোল অমা তৌগনি হায়বনি।"

"মডুনা হেন্না ইকায়জখ্রে বীমো, কবিগী খুদোলনো ইচম চম্না অওম্পা ইতেং পাংজবনি। অডুনীদমকপু—।"

"খণ্ডদে খণ্ডদে তাম্মে গা রারী শাগনি হাংহৌবনি। One act play যেংখিসি প্রিয়: থোইবী শাগদোবি।"

"কাম্নদবা রানি বীমো, হৌজিক্কী থোইবীদি মবীগ য়াওদ্রবনি। য়েংববুদি য়াই। লাযরবা খম্বু ময়াম মমাংদা খোঙ্গোযনবহু য়েংলুবগা পুক্লিংসি মফম চাদবা পুনশুম্নগনি।"

"প্রিয়া লাকত্র, মাগা য়ারী শান্নহৌরোকো ঐ চৎপীখ্রগে।"

অরুনকুমার উবদা প্রিয়া খরা খজিক থৌতক চায়। মমীৎ মনা ইথক থকই। অরুন্দা অমুক য়েংই, বীমোদা অমুক য়েংই। অদুক হাক্লা পণ্ডবী বীমোদি নত্তে। মীগী পোমিৎ ইরাং খণ্ডয়বী মুপীনি। প্রিয় গী হৈনদবী মতৌদু উবদা নোককৈৎ তৌরম্লগা তুমিন্না চৎপা হৌখি।

"বীমো ডাইখোও।" ইকাইরপ কৌরকই প্রিয়ানা।

"ঐ পোৎ খমত্তা লৌকখিগে।" হন্না কাওবা য়েংলমদে অদুমক চৎখ্রে। ডাইহাক অস্তুম্না লৈনৈ অনিমক। অমনা অমবু কৌনবা ভম্নদে। প্রিয়া ইকাইবনা মথুং অনি শুক শুরু নোইদুনা খাংই। অদুবু অরুন্দি সাইকেল ইন্দুনা তপ্ন তপ্ন চৎপা হৌখ্রে। চৎতা চৎঋদবোই নীংদুনা ইকাইবপ কৌরকই। "তাম্মো।" করিগুম্বা পোৎ অমনা মখোঙদা লৌশিনবগুম অরুন খোঙথাং চপ লেপ্পী। তুং হন্না যেংলকই। প্রিয়া মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা লুকথজে। মতৌমতা মরৈদু মযানা চীকশিন্দুনা খাংজে।

"য়াবী শাবা লোইদ্রিবরাও? অসোমদদি নংবুদা থিনদুনা চৈহৌরে।" বীমোনা চৈনক খল্লকই। তাঞ্জাসিদা মমান্নবী ময়াম্না প্রিয়াগী অকোয়বদা য়োমশিল্লরে। উপাই লৈত্রদুনা অরুনকুমারদা চংলকখো হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌম্লগা মমান্নবীশিংগা লোইননা চংখ্রে।

X X X X X

"অদো ঐনা লাল্লে হায়জরেদনা। ঐবু মুংশিবীদবগী রা ওয়রম্নবদি খণ্ডজত্রেকো?"

"ঐ শাউদে। ঐগী মওংসিনা নংনা শাউবা মান্না উবনি। অদুগা নংনা ঐগী ইকমদা লানখিবসু লৈত্রি। নহাক খঙলম-লোই নংগী নবুঙ রাজেশ ঐগী পিশক পিক্রিঙৈগী য়েক্লবনি। নহাক্না ঐগী ইকমদা থল্লিবা রাখল অদো থাদোকউ। ঐদি নহাকপু য়াম্না চম্না ইচল অমগুম খল্লি। ঐঙোন্দা অয়েৎপদি পীগম্নু প্রিয়া, রাখল মুম্না থন্থহৌবনা নংগী তুংদা অকবা ওইরক্লনি। নোংমা নত্রগা নোংমদি নহাক্কী নুংশিরবা নবুঙ রাজেশ মহাক্কী মথক্তা ঐ শোয়দনা লমন খুন্নখিনি। মতম অদুদা ঐগী মায়োক্ত লমন অমুক খুন্নরুবগীদমক থোরাং তৌরুখো। ঐদি নংগী চাউরবা য়েক্লবা ওইরকখিগদৌরিবনি। য়েক্লবা অমগী মচন্দা নুংশিবা থম্বদি ওইথোক্রবা রানি প্রিয়া।"

মাগী রা তানা তানা প্রিয়া মনীত্তা ঈরা চেল্লক্রে। অরুন্দি মহাক্কী মনাক্কগী ফনা য়ান্না থাপ্লোকখ্রে।

ফনা কুইরে লাতানা অরুনকুমারবু চিংনবা মীৎয়েংনা য়েংল-কপা অদুবু মচাগী লগচৎ ওসিফাওবা ফাবা ওমদনা লৈরক্লি। চন্দ্রদা অমুক্তং থোদুনা হংগে খনবনি, তাঞ্জা অমা ইফং ফংদ্রে। লাত্তা মাঙ্গোলদা চিন্তা তৌদুনা ফম্লি। চন্দ্র ইফিং ফিংনা চংলক্কই। অরুনগী মমা উবদা তুমিন্না হনগে তৌই। লাতানা অমুক্তং লৈদুনা য়েংথোরকপদা উথোকখরে। নোকফেৎ তৌনা কৌরকই।

"ইচা চন্দ্র নত্রা ?"

"হোয় ইমা, অরুনবু ?"

"মাদি ঙসাই অয়ুক্তগীবু হল্লকত্রিবনি। কাথৎলকউ ঙাইহাক ফল্লখে।।"

"যারনিদা ইমা, ঐ ।"

'নহাক্কা তাম্নগদৌবা য়া অমা লৈবি। মহাক লাকপা ঙাইবা ঙইনা মেৎরাসিদা অমুক্তা ফম্মুসে। কম্নিগীনো নহাক্না অস্নুক থুবিবসিবু থবক অচিনবগা লৈহৌব্রনে?"

'লৈহৌদেদা।" নাকন্দা লৈরিবা মোবাদু লৌকন্নগা দারি মপান ঙহৎপ্ল ফঃথৈ। কয় হৈনদে।

"নঙ লাকপা য়াম্না ফরে রা অমত তাম্নগে খল্লিবা কুইন্নবনি।"

"কনি রাফমগীনো ইমা?"

"অত্রেমগী নত্তে, নহাক্তি অকুনগদা লোইনদুনা লৈবনি নতাক্নী রখল নংমু খংখেদি খঙলিগনি।"

"অরুনবু কদৌরবগেনে ইমা?"

'হন্দক মবকসি ঐন স্নম খনবদা মহৌশাগা রাখল্ ইঙন ঙম্নবগুপা অমা তৌবক্লি। য়ুনগী থবক্তা, লাহবিক লাইঙদা মপুক্লিং হচং চংলক্তবা অমা তৌরক্লি। ঐ য়াম্না চিংনবে চন্দ্র।"

'কাবগী চিংনবিবনো ইমা। মশা ঙমদদুনা ওয়রম্বসু ময়াই। ১সি নগুবা থোইদোকপা অতৈদি ঐদি.. .. ।

"অতোপ্পা রাথল লৈবত্রা কায়বনি চন্দ্র?"

"ঐ ভাব তাবা ঙমদ মহাক্নী ফিভমসি অদুবু থৌদুনা অমুক-তংদি হংখিগে। অদুদি ঐ অমুক চচ্চরে ইমা।"

"রাখল লম্ফা বা য়াবা মতমস্তু নত্রি। ওইরোইদৌবা রাখলদা অরেম্বদা মতম মাঙহনগমু হায়যুকো চন্দ্র।"

"ফনি ইমা।" চন্দ্র থোঙ্গাল হেক কাম্বোকপগা নিংশা শ্বর শাংনা হোন্দোকই। লাতাগী থানা ব্রাহ্‌'তুদা চন্দ্র হুমাং অনগ্না কাংলুরবনি।

প্রিয়া ঙসিগা থানা মুমিৎ মঙানি পুরা ফারে মশা ঙম্‌দতুনা মপান থোক্লক্কবা। মহাক্কী ইখঙ খঙহৌদনা হন্দক্ক' ওইরক্লিবা ফিবমসি উবদা হাইফেৎ ঙক্না থোকই। অমত্তা পোকচবী মচা মুপীনি। মমানা লুনা তৌবত' নত্তুনা নান নান্দুনা থমচরিবী প্রিয়ানি। মপা, মবুংস্থ অতুমঙাই; মকোক হাইক্তেত্তা চিকই তাবদা ডাক্টরনা রাই চাইরিবনি। অসিগুম্বনী মহাক্না মশা ঙমদতুনা চাক মক্ক অমত্তা চাবকত্রবদা পৃম্নমক্কী মফমদা অরুম্বা পোৎলুম অনমম থোঙ্গৎপীরগমূক ব্রানখ্রে। কৌরুবা ডাক্টব খুদিংমক মায় পাক্লখিদ্রে। অতুনদি প্রিখোয়না স্তুম খনবদা হংদক্কী প্রিযাগী লায়না অসি মুংশি লায়না হায়বতু ওযরিগদ্র ঐখোয চিংনদবা ঙমশিল্লকত্রে।

"ঈবেম্মদি কবম তৌরি খজিক্কা ফাওবা হন্দ্রিব্রা?"

"হম্বকপা লৈতে কমদৌসি হায়বিনো তৌরিসিবু।"

"মাগী নীংবা থুংদবা অমা লৈবত্রা হায়বসিনি ঐনা য়াম্না কন্না চিংনরিবা। ডাঃ না হাযবম্বতুগী হাযকরবদি করিগুম্বা সীংবা থুংদবা অমদগী ওইফম থাকপ্রা খল্লি। মশাদা থোইদোকপা অনাবগী লাইওং লৈতংগুম্না হায়রম্মী। নংস্থ মহাক্না তিম্নবী মমাম্নবীশিংদস্থ খবস্থ হংদুনা ময়েংউ হেক পঙশিন্দুনা লৈবসিনা।"

অয়ুক্তি, ফনা ঙল্লি। বীমো প্রিয়াখোয়দা লাকই। মহাক্তি ঙরাংদবু ভারিবনি। মথরায়দগী হেন্না লুনা চান্না খঞ্জন্নিবী প্রিয়ানা ফিবম অসি য়োবস্নবদা ৱাদবা ঙমখিত্রে। ইথা থাজ-দনা ফোং ফাওদোৱক্রিবা বীমোবু উবদা ঙক্রপ্না কৌবকই—

"হায়মা বীমো।"

'ফিবম্না অসি য়োবফাঙবা পাঙ্গা খঙকল্লক্তবনিনে। থম্মোয় ফনথরেদকো ইবেম্মা নংসে।"

"ঐনা লাল্লদনা মন্থুমদি। ফম্মু সোফাত্নুদ', কবি চানি।"

"করি'মতা চাজনিংদ্রে ইবেম্মা নংমুক নপুক শেংদবসিদি থেংবু থেংনজদ্রি।"

"অদো ইশানা ইৱাল য়াজবিসিদি। কলেজদি কমদৌরি?"

"কমদৌনি মহৌশানিদনা। নস্তে হকচাংবু বরিওয়না ঙন্দীত্রিং-বনো থোইবী লায়নাবা হায়বনি?"

"হোয থোইবী লৈনাদা ভাবেদনা। মহাক্তি কমদৌরি?"

"মহাক হায়বদি?" বীমো ঙকশিন্নে। তাঞ্জা অসিদা প্রিয়াগী মমা থোংবাদা চেপথত্নুনা য়েংলকই। নোকফেৎ তৌনা—

"ইবেম্মসু লাক্লম্নেদনা।"

"হোয় ইমা অনাবা পাও খঙকল্লক্তবগী প্রিয়াবু শাউরম্লিবা।"

"কনাগী মী পুন্নমক পুমঙাও হেক্তা ঙাওবনিনে। ঙসিদনি অনাবা খরা হন্তোক্রিবা। কবি চানি ইচা লাকপদি—ফমখো ৱারী ঙাইহাক শাত্নুনা। ইমা চা লোল্লক্নে।"

"ঐগীদমক ওইরবদি য়ারনি ইমা।"

"নোং' ফাদোক লাকপবু কদায়গী থক্তবা যাবা।" ভাংনা ভাংনা চাকশঙ্ঙ য়ৌথরে। মী হাইরপ কোয়না য়েংলুরগা প্রিয়ানা মথা তাবকই—'তাম্মো অরুনবু হাযবনি।"

"মতো মান্দবদু শুইবে, লৈরিদ ইনে।" প্রিয়াদা লোৎনা য়েংলুরগা হায়বকই "চন্দক মরক জি পি কলেজগী ছাত্রি অমগা তোযনা চৎ মন্নবা উই।" বীমোগী ফাগি রাঙাংনি। মাগী রাদু তাবদা প্রিয়া শকশম খঙহনা চঞ্জিলি। নাকবগী মশা নাও-শোন্নদুনগা লেবনে মপূক্লিং খিতং সুংশিব পে কপগা মপিদা তাদুনা লৈরবীনি। ম'প নোবগী হায়রকখদি মশাদ তিনখাক অমতং কাবদা ক্রিং ক্রিং চেংনা মপি তানা কপচবিপোংগনি। বীমোগী রদু তাব দগী খংকোদনা মপ শানক্ক শাই। খোঙেল নিক্লপ হংলকই —"অওইরমী বীনে ?"

"সৈত্য হায়শিন্নবা নত্তে, চিঠিকাস্ত পীনা তায়ব তায।" বাংমো মমায লৈথোকতুনা নোক্লিংবা খাংত। প্রিয়াদি মমায় নোস্থখিবদগী অদুম্মক হাইগৎলকশিদ্রে। কোহংদদি বীমোস্ত সু ভাং তবা অমা পোক্লক্লে। "কান্নপোৎ নত্তেসে মাত্রা নীপ মচেদগী কেনবা ভাবীদা লৈবিপোৎনি।"

"চুম্মী বীমো। অদুম মইনাক পুম্নমকপু মহাকবুম্মা মুংশিকবদি ওইথোক্কে। ঐ মহাকপু মুংশি বামো। পুন্সি অসিনা চিন্তাগী মৈথুলক্কা ঈতিন্নথংস্ত মাগীদমক, ঐনা মাবু মুংশিবদি ময়েক মাঙলরোইদবনিকো বীমো। হৌখিবা ঐগী পুন্সি নংনা হেন্না খঙলবা নত্রা ?"

"খঙবা হায়বগু নঙোন্দা কোয়গে হায়রবা নীপা কয়া কয়া লম্বোইনবা য়াওগ্রেবনা।"

"অতুকী মতিক চয়া লাকপা ঐগী পুন্সি নত্রা? ঐগীদি মানা অশানবনি অমস্তং অয়োয়বস্তু ওয়গনি। মহাকপু উরুবা মুমিৎ অদুদগী ঙসিফাওবা অঙাওবীগুম লেল্লক্লিবনি। লাকদৌরিবা পুন্সি অসিস্তু মহাক্কী রাখলনা লোমহনগনি। মসি ঐগী অচেৎপা রাশক্লি বীমো। মহাকস্তু নোংমদি ঐগী রাখলনা ঙাওরকখিনি।"

"মতুদা হায়ু হায়রিবে, করিগী অতুক রাকনি ঐ লৈরিবসিদি। অদুদা য়াম্না লুবা অমনা নখোয় তাম্মোগা মাগা অঙাং ওইরিবৈদগী খবা মুংঙাইনরক্লমাল্লে। মাগা তিল্লবা চন্দ্র হায়ত্রা কৈনো অতুনা হায়বকপা রানি।"

"মান্নি মহাক ঐখোয় তাম্মোগা য়েক্লবনি। তাম্মোগা য়েক্লরিবা মহাকপুতনি ঐনা মুংশিবা।"

"ঐনবুদি খব হায়খ্রবনি চন্দ্র হায়তুদা। মতুমস্তুনে খদ্রক ওইনা কেক তৌবদনা রা ঙাংবনা হৈহ্রিবা— ।"

"সে, সে চা অমুক্তা থকখো। শীং চাক্তদনা কয়া কুইবে।" প্রিয়াগী মমানা চা পীরৈ। চানবা খরগা টেবিল মথক্তা থম্মী। বীমোবু যেংলদুনা মখা শমথরি। ঙাংবদা মেখা ফত্রপোৎনি।

"নখোয় লাক্লগদনি মহাক্না রা খরা ঙাংলিবা। করিনো নিংশাবু থীনরবনি ঐখোয়দি। হংই খুমদে, ঙাংই তাদে। চাক মরূ অমফাওবা চাও য়াদবা।"

"করিস্থ তৌরোইদ্রা ইমা, নাবা ফনবা ঐনা শোয়দনা অফবা ডাক্তর অমা রিজার্ভ তৌরগনি।" নোকফেং তৌনা খুম্মী খীমোনা। প্রিয়ানা মখা তারক্কনবা ঈঙ্গিৎ তৌই। মমানা ভাবস্তি ইতা হেক তাদনা থীক থীক নোকচৈ বীমোগী রাহুদা।

# চরেংশূবা পন্দুপ

মুংশাগী মৈশা খরদি নেমথরক্লে। কালেনগী মু শানা ফুবদা কাথেকলুরবী অমদি হেমন্তগী খুইথলবা উপাল রাপাল পুম্নমক বসন্তা অমুক্তী লিক্লানা ফুবদা শুম্নমক হরাও মোমোম্লবক্লে। য়েংবগী পেনবা নাইরক্লে। য়েংখিবা মাইকৈদা মঙৌশা লাই-বেম্বীগী নীংথিজরবা ফিজোল লৈতেংনবক্লে। শাগন ফবা খোইমু লৈরাং চিল্লোক্লবদা কালেংদ্রবশিং লৈকোল তম্মা শাইনবক্লে। পোমশাংনবী, পুম্বুম তাবী, নোদা নৌবি ভনৌবি লৈরাং হায়বী আংমথৈ পুকচেল লেপ্পুবা খোইমুগী শঙ্গুম ফংবদা নিক্লা কিনা লৈনালক্তা মায়থোঙ তপ্পায় লোংতুনা খাংনরক্লে। তোয় চিংন-ফমস্তু থোকপনি। মশা পানবা খোইমুবু লেংদবা লৈবাংনা চিংনবা থাজদবা হায়বসিদি কৌনশানি—হৌনশা।

চন্দ্রনা ফনা য়াম্না ঙাংদুনস্তু অরুনকুমারগী থমোয় ইপেং পেংথবকত্রবদুদদি চন্দ্রস্ত শাউনিংবা অমা পোক্লক্লে। চন্দ্রগী রাদু তাবদা অরুন ইহা হাবা তৌদনা হায়রকই—

"বাজেশ শ্রীগী য়েক্লবনি হায়বসি নহাক ইখন খম্বুদবা অমা তৌরে চন্দ্র।"

"মবুঙ য়েক্লবা ওইরবদি মচনস্তু য়েক্লবনি অসিনিনে?"

"ঐ মতুমক্তি কায়খিদমাল্লে চন্দ্র।"

"ময়েক্না তাবনি নত্রবদতু— হুপীমচা অমনা নংগীদমক শিবা কিয়কত্রবসিদা নংনা তৌরিবসি ঐ য়াম্না শাউনিংই। হে সৈত্য ঐঙোন্দা থোক্লম্বা ওইয়ুদনা— ।"

"ঐস্থু খল্লবা নত্তে, খল্লিবনি। অদুবু ··।"

"মানা না য়বগী ময়মদু নংস্থু ননানা তারেদনা। বীমোনা ওরাং য়া পুম্নমক তয়ম্নবনি। অমুক্তোইনা নীপা মান্দেবু হায়বনে, পাঙমন্দেবু হায়বনে, হা পাপ পুনিবু হায়জিনবনে করিনো ঐ খুন্দম খঙখিত্রপোৎনি। হোয় নংনা য়াদনা ঐখোয়না ভাক শীল্লুবা য়াবা নত্তে, অদুম ওইনমক থরদি থল্লু। মুংশিবগী পাপ্তি ফনা চাউই হায়নৈ। অদুগীস্থু মথক্তা অচেংবা হায়বসি মফম মতম নাইবনি। চাক ওইনবদা, ইমানা চারুলাকও হায়না তোইনা থেম্নম্ববু 'চারোই নখোয়গী চাক্তু চাত্রগা শিগত্রা হায়দুনা ফম্মুংদা চংহুনা হেক থিম্না। থেঙলক্লবা কান্দা পুক্তদি করি'মত্তা য়াওরকত্রবা কান হেক চংহুনা চারুবদি হক্তোইগুম তৌ, অমুক-তংগা কৌরক্লবদি ফগনিদা খল্লকপা, স্থংকোদি কৌবীরকত্রবা কয়াদা রানা অহিং নোংশেল্লইবা পুক পায়দুনা খাংখিবা" মখুৎও মশাও মতৌদু উরগা অরুন নোক্লিংবা খাংলগা, মাঙদা হৌরিবা কেতকী লৈরাংহুদা খোইম্নু অমথক অমুক পাইরকই অমুক চংশিন্দুনা তোংই। অদুম্না মরি মঙারক পাইথোক পাইশিন তৌরম্নগা অরাংবা পম্নাদা শাৎলিবা ভাংলৈনবী গুলাপ্তু তমনা পাইখৎখি। মতৌদু য়েংহুনা লৈ অরুনকুমার। ইখুম খুম্নক্তত্রবদুদা চন্দ্র শাউরপ্না ফুক হোগৎলকই।

'য়েক্লবা অমগী মচন্দা ঐগী মুংশিবা থম্বা তাক্লব্রা ?" অরুম্বা তেপ্লপ কায়বক্পনি। চন্দ্র অমুক হন্না কমথরক্লে।

"য়েক্লবগী ঃহুন্না মুংশিনবা ঙক্নদবগী য়ানি। য়েক্লববু মুংশিবনা মায়থীবা পীগদবনি নংনা অতুক য়ানা থম্লিবা কম্রিগীনো।"

'ঐ য়ারে চন্দ্র। য়ারী শানবগী তাঙ্গা অমত্তং মংনা শীনবাবা তারে।" অকনগী কুইনা থল্লুরগা পীব্রকপা য়ায়নি।

"লপুকচেলদা শেংঙ ঐ চন্দ্রনে, য়ানিংঙাই লৈব্রিব্রাও ? ঐ চৎলে বীমো উম্নরুদবা য়াদ্রি।" চন্দ্র চৎখ্রে। অকন তুং হন্না য়েংলুবদদি বীমোগা প্রিয়াগা মানা ফম্লিবা জাগাদু তম্না লাকপদু উরুরে। প্রিয়া উবদা অরুন স্বায় লাউই। মায়দা হুমাং অনপ্পী কায়রকে তৌই।

"নাবা ফবেদনা ?" নোকযেং তৌনা হংই। প্রিয়া থুমদে মমায় ফেৎ লৈথোকই। বীমো নোম্লিংবা পোল্লব্রনাম্লে মোমোন নোক্লকই। হায়রকই—

"ওফ লৈবীব্রাও ?"

"হোয়, কমদৌবি ?"

"মুংঙাইবিদা...যেংববু হৈরবদি কুম্মৈগী কুম্মৈমক্তনি। ঐখোয়দি কুইবে কুম্মৈগীদমক্তা শেল তিংলক্লবা।"

"কৈকাম্নবা ঙাংলুরিনো, চৎসি লাকও মী ঙাইরম্লনি।"

"উম্নদ্রিবৈদদি অমুক্কোইনা শিরদৌদু 'ঙায়, উম্নরসিদদি ননাক্তা মী লৈহম্লিংদবা কৌরক্লব্রা ? চৎচখ্রগে ঈবেম্মা নখোয়গী ননাক্তগা অমতা হেক লৈবীররোই।" বীমো শাউশিম্নদুনা ফেৎ লৈথোকতুনা চৎখি।

"চৎলোদনা মী ঙাইরম্লনি।"

"ঙাইনিং ঙাইরশন্নু, কৈস্থ রাবীথু হায়দে।"

"য়াম্না পোঙলিজাৎলিনা।"

"নাতোন চাবীনবু পোঙবা হৈত্রা?"

"নাতোন চাবীদি লৈরাং নত্রবরনে?"

"মগুণ য়াওদবা লৈবাংদি লৈখোংদা কেল্লিবা লৈরাংতগা চপ মান্নরনি। ঐখোয়দি মতিক চাদবীনি। মতিক চাবী পুক্লিংনা খোইদাজবী লৈরাংচুনা লেংদবী উপাল ওইনা লেপ্লরবদ, নাতোন চাবীবু অমুক নীংশিংনবরা?"

'প্রিয়া...।"

"ঐস্থ রারম্মী মতম অমদা অদুবু অপঙবীগী অরানবা রাখল ওইরম্লে। অদুক হায়স্থ ঐগী রাখলদা মতম ২াঙহনবীরুগনু।" অসি হায়রম্লগা প্রিয়া প্রপ-প্রপ চৎখ্রে।

তাম্না চৎখ্রিবী মহাকপু য়েংহৌই লেপ্পুনা মাংয়েংগা রাংমদৈ লান্দ্রিফাও। কাইনথংদদি প্রিয়াস্থ নীংঙমদবা অমা পোক্লক্লে। পুক্লি দদি হয়াওজৈ অরুনকুমারস্থ মাগীদমক্তা ঙাওবা হৌবক্লে খল্লুবদা। হুমিৎ অদু অরুনকুমারস্থ ইকাই হুংশি য়ান্নথি

## নিপানশুবা পন্দুপ

"অদুমাইনকা হায়জন্নু, ঐ য়াম্না শাউনিংলিকাৎনি থঙলববা? মতুংদদি ঐঙোন্দা বা অমতা ঙাংবীরক্কনু ঐদি য়াম্না ফত্তবনি। য়ৌবীখ্রো অমদুনা ঙাইরমললনি। অবেন্নদা মতম মাঙহনবা পাম-মুবীদ্রাও?" অরুনকুমারগী ম্বাদু তাবদা শাউনিংবোই ঙইনবোই হায়রকপনি।

'করি অকায়বা য়াশ্নরবগে" অরুন্না ইতপ তপ্না "ঐদি মতিক চাদবনিনা মাগী মনীং থুংনবা হোৎনবস্তু ইতিক নত্তে হায়বগী ম্বানি। সুংশি পাম্মী হায়দুংস্তু ইতিক ইপা চাদনা হেক য়াবরা? অতিয়াদা থোকপা থাজবু পামজে হায়দুনা ফুরিৎথাউদা হাপ্লুনা পুনা যাবরনে?

"হোয় ঙাংবা হৈরগা লোইরে, খল্লুরবদি ফনা ইকাইবা য়াবজাৎনি ঐসিস্তু।"

"শাউরবরা প্রিয়া?"

"মীডোন্দা খৎনবা হৌরগবু শাউই হায়বর', শাউফমস্তু থোক্কে শাউরূবগীস্তু ইতিক নত্তে।"

"প্রিয়া।"

"করিগীনো বীমোদা পাওগা চেনবীরক্লিবদুবু? ঐদি হায়জ-খ্রিবদুনি, অরেম্বদা মতম মাঙনবনি।" মসি হায়রুরগা প্রিয়া

অরুন্দা লোৎনা লোৎনা য়েংজরি। মমাই ঙাংলপ লুকথখিবা ফিবমদু উরগা প্রিয়া থোইক্রম মোমোন তৌজ। অদুবু অরুন বা ঙাংবা ঙমদনা ইক-আক তৌরম্লগা তুমিন্না মমাই লৈথোক-তুনা চৎখ্রে।

"ইমা— আ— ।" প্রিয়া গিংলপ লাউরকই। অরুন থংগ্রেক থংনা য়েংথোক্লকপদদি প্রিয়া লৈরমদ্রে। নিংশা থীবা অমগা লোইননা কোয়না য়েংলুবগী হৃঙ্গিল্লকপদদি মমাংমন্তুদা মোমোন নোক্লা লেপ্লম্মী। হাযবকই— "কদাই চত্তোইনো?" অরুন খুমদে লৈথোকতুনা চৎকে তৌই। প্রিয়ানা ফুরিত্তা য়ান্দুনা ফায়। "কবিনো অঙাং নি ঙাই চাউবগা চপ মান্নে। ঐদি শুম্বোক্লা তঙ্গগ্রে। ফাগী তৌবনি হায়রমক্তুদা।" অরুন বাদি ঙাংদে প্রিয়াদা শংত্রিক য়েংই, প্রিয়াস্তু নোকমি নোকমি য়েংজরি। তুকথনা য়েংবা মহাক্কী মীৎয়েংদু উবদা অরুন বা ঙাংবা ঙমখিদ্রে মোন্ন থোৎলবা মহাক্কী মখুৎতু চেঙ্গেৎ কম্না পায়শিল্লকই। প্রিয়া মন্নংশা মপী হোল্লদুনা নীংবা থুংগরবগুম অরুনগী মশাদ তুথবক্লে। হন্না য়েংলুবদদি বীমোগা চন্দ্রগা নাকন্দা হৌরিবা শীঙ্গাবৈ মরুমদা লুমদুনা লৈরম্নে। মদু উবদা প্রিয়াদি অরুনবু থাদোক্রম্লগা ইকাই কুংশি য়ানন। কনা থাপ্না চেম্বোকখরে, মতৌ উরগা বীমো অমস্তুং চন্দ্র খুবাক খুদুনা নোক্লকই।

X X X X

"ঙাইখো অরুনকুমাব।"

"ও রাজেশ করি হায়নিংই?"

মোং কাদবা অরুনগী পাউখুম্নি। রাজেশ অমদি লোয়নবা মঙাগা অরুনকুমারগী অকোয়বদা লেপ্লরে।

"অরুনকুমার চীরুনি হায়বা খঙলবা নোংশাগী ময়াদা নখুৎ থিংজিল্লিবা করিগীনে: ?"

"রাকং অদু ঐ ভাব ভাবা ঙমজদ্রে।"

"ওবেগ্বদা নপুন্সি তেনগে থোরাংগনু। নঙ হৌজিক ফাওবা ডি এস পি মাধবকী মচানীপা রাজেশ নীংথিনা মশক খঙব্রি ?"

"ঐ খঙই ডি এস পি মাধবকী মচানীপা রাজেশনি হায়বা। অদুম ওইনমক ডি এস পি মাধবকী মচানীপা রাজেশনা ঐঙোন্দা করিগ্নু তৌবা ঙম্লোই হায়বসি ঐ মহৌশাদগী খঙদুনা লাক্লিবনি। হায় নংগী অপাম্বা করিনো ?

"নংগী অপাম্বা। লোক্তবা ঙমদে অরুনকুমার। নকাক্তা নরিংজেল থাগৎনিংঙাইহনি। অদুনি ভায় কেশো লোইশিনবনা হয়েনে।"

মখোয় মঙা চংদুনা অরুনকুমারবু অওক-ওকথোং তৌদুনা ফুথবা কৌরক্লে। মমৈখংদদি অরুন্ন সড়ক নাকন্দা ভারম্বা চৈতুপ্পু পায়দুনা ভাম্ন ভাম্নদুনা ফুবা হৌরকলে। মহাক্কী চৈক্ত থাংবা ঙমদনা রাজেশকী কাংবু কায়দুনা চেম্রক্রে। অতভাই ওইনা লেপ্লিবা বাজেশ নাকন্দগী পিষ্টোল শৎলকলে।

"হৌজিকমক নংবু লোইশিন্নবগী ঐগী শক্তি লৈ অদুবু ঐ মম্নমক্তি চথবা পামদ্রে। রাকম অসি হন্না হন্না নৈনরুবগী কান্নবগু কংনবোই। ঐনা অরোয়বা ওইনা হায়রম্লিবসিনি। নংগুম্বা করিস্নু লৈতবা লমজা শরা মচা অমনা রাজেশকী মচন্দা মুংশিবা

থম্বদি লাকয়৾রিবা নহাক্কী পুন্সি খুদোং থীনবগী মশক্তি। মহাক্কী রাথল থুনমক থাদোক্নবা হোৎনৌ।"

"রা—জে—শ।"

রাজেশ অকনগী রা তাখিজ্রে। অহিংগী অমম্বা মরক্তা চিক-মাওনখ্রে। অকন্দি ঘাট উদ্রবা চাংজৌ অমদা ঈরাক্লহৌই। তাবদা থম্মোয় কায়রবা রাইং অদুনা মাইংগি মরিমক্তগী মচু পুরবা লিলওম অরুনকুমারগী মীৎমা'দা থৎচিল্লকলে। হল্লা হল্লা নাকোং শেগায়বা মখৈ লাউবক্লি—"নমা নপা মশক থওদবা লমজা শরা মচা"

X X X X X

"কৈদৌরে নশা ওমদ্রব্রা?"

অকন থুমদে, মমাদা মুন্না য়েংলকই। রাজেশনা হায়রকপা রাইহ্নু মমাদা হংগে খল্লকই। অদুবু হংবা ওমখিজ্রে। করিগীদি ওমলুগনি হংবা, পিশক পিক্লিংঙৈদগী মাবু চাউনবা যোকশীরক্রে। মাবু মীৎকুপ অমতং উদবদা লৈফম থওদনা অওাঙবীওম কোয়-চেন চেল্লবী মমাদুদা কমদৌনা ঐগী ইম ইপা কনানো হায়না কনাগী মতিক লৈ হংলুগদবা।

"হন্দক মরকসি মওং অমা ইতৌ তৌনা উই। নংবু নশা ওমদ্দুনা তৌরিব্রা নজ্রগা কনানা করি হায়ববগে?"

"ঐ করি'মতা তৌদে ইমা ইমানা পওরা হেক রাবসিনা।"

"নংনদি রাম্সু ওাংদে, তুমীন্নদা চিন্তা তৌদুনা ফম্মী। নিংশা থীমে ইবুংঙো।"

লাতা থঁরমখৈদি শা মিন ফংদবা নত্তে। অদুবু মংগা ভাবমদে। অঁদুমক থোকখ্রে। অরুন্দি রাখলদা মমায় কাওবা হাইগংপা ঙমগ্রি। নীংশিংলকই হোৌখিবা ভিক্ষারীগী থম্মোয় শোক্লবা ঈশৈ, ঈশৈ অদু তারগা মমানা মথমায় শোক্লা কপচখিবা।

"অদুদি করি উপাই লৈ?"

য়ুম্না খল্লুরগা চন্দ্রনা শোল্লপ হায়রকপনি। অরুন পাক থুমদে। মাগী মতৌদু উবদা চন্দ্রস্থু রা পাক ঙাংথোকপা ঙমদ্রে।

"ঐবু পোকপী ইমা নক্রত্রা চায়বসিনি ঐনা থল্লিবা।"

"হে-রা নাত্তে চাদবা রানি। চহি মতম অম্মক কুইরববু কনানস্থু মদুগুম্বা রা ঙাংনবা তাদে। বাজেশনা পঙহায় হায়জিনবা ওইরম্বস্থ য়াই, ইমাদদি হংলুববরা?'

"হংবা ঙমদ্রবনি, করম্বস্থ হংলুগনি।"

"ঙাইখো হংলুখিম্মু মম্মুংদা কুপ্পা থিজিনখিসি।"

"মগোশা থা অনিগী মমা' ঐখোয়দা ভিক্ষারী অমা লাক্লম্বী। ঐবু য়াম্না য়ুম্না য়েংই। অদুগা মমীত্তগী মপি তানা মুংশিন্নবা ঈশৈ অমা শক্লমই; ভিক্ষারীগী ঈশৈদু তাক্লরগা ইমাদি য়াম্না মথমায় শোক্লা কপখি। মুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐগী চিংনবা অমত্তু লৈদ্রে। অহানবদা হায়বদি হৌখিবা ঐগী পুক্কিদা ঙসি থল্লিবা রাখল অসিমক থল্লমদে অদুগা মসিগী চিংনবস্থু লৈরমদে। অদুবু হন্দক্তি লংজিল উদ্রবা রাখল অসিনা মরিচিকা হিংচাবীগী শক্লোন চাম্ম চাম্ম লোৌদুনা ঐগী মীৎমাংদা লেপ্লরি। ঐ রারে চন্দ্র। মসিগীদমক থনবদা ঐ হায়কম থঙদনা রারে। মসিনা ঐবু

মীৎকুপ অমগী মতম পোৎথাকম খঙহন্দ্রে। থোক্লকনি হায়রবা থাজদবা মঙদা ফাওবা খল্লমদবা য়াঙং অমা ইমা-দা মুক্তি ওইনা লেপ্লরে।”

“কাপ্পদবা য়ানি, নঙ অরেব্দা মাথা চাদিং ফাম্না তৌরে। য়ারী অমতুম শাম্লসি, ঙরাং নথোয়দা প্রিয়াগী মপ লক্লম্বী হায়না ?”

“উম লাক্লমই।”

“মখোয়রোম কা-বুসি শক মু-শিলোইদৌবিদা সৈজা, করি হায়বম্বী ?”

“ইমাদা খরা ভাংলম্মাল্লে।”

“নংনা নীপা থোক্কবসিদা—প্রিয়াদুস্ন খরা ফবীঞমাল্লে ঙরাং বীয়োনা তম্লকই। হন্দক্কি অঙম অঙম ফুগায়নদবা য়াদ্রে। ওঝা কুজোগা খরা ঙংখংনখি হংযবা তায় অচুমত্রা ?”

“ইমানা কৌরুই হায়, য়া খরা য়োনঞমাল্লে।”

“যেম্না ঙক্সরা তোকপনা ঙম্ব্রা হায়বদো হস্তুক্কি য়েংনব, তারেদনা এঃ নখোয় ইমা লাক্লে থানাগী য়াহং তৌবরনি। ঐ চৎলে কোরেল জুমিদাং ওইনা উম্লবসি।” তকনগী মম লাকপা উবদা চত্র কিজ্ঝপ বিকপ তৌদুনা হৌদুনা চেনখ্রে। লাক্তা অকনগী কা তম্না চংলক্লে। হায়রকই—

“করিনো নংনা তৌরিবসে ? লৈবাক শান্না শল্লে, ইমায় থম্ফম লৈরক্ত্রে। করিগীনো নংনা লম অস্থক হেল্লিবা।”

“কৈদৌরবগে ইমা ?”

“কৈদৌরবগে হায়বদি, কয়াদা য়ানা নহৈ তমহল্লক্লে। ইশা

মীনাই ওইদেদা থাকপা নত্রা ? করিগী ভাব অদুক য়াম্না তাদে নশা মী ওইনবা হোৎনগেদি হায়ত্রদনা ওইরোইদোব। থবক্তা নথরায় অস্তুক য়াওবিবসি করিগীনো ? অসিগুম্ব মীরা মীশা অসি তাননবা ঐনা নংবু নহে তমহল্লিত্রা ! ঙকচাও থেকপা মপাহুনা ঙাংলম্বা খোল অদো নংস্ নমানা তারেদনা। খঙ-গনি সিদৈদি ঐনা তৌবা য়েংউ।”

# মাপলশুবা পন্দুপ

ঙসি তারানি মশাং ডি, এস, পি, মাধবকী ইংখোলদা অচৌবা ঘটনা অমা থোকখি। অরুনকুমারবু লৈকোন পুক্রি মপান্দা শিবা মানা ফুহুনা থম্লম্বগীদমক নাকন অনিমকী ওচবা অচৌবা রাথোক অমা ওইনখি। থোদোক অদুগী লংজিন ঙসি ফাওবদা কনা'মত্না খঙবা ঙম্লদ্রি। মতম কুইনা উকদ্রবা ওঝা কুঞ্জো ঙসিদি লাতাগী য়ুমদা লাক্লে। হেক তাবগা য়োবক্লিবনি। লাতা মাঙ্গোলদা চিন্তা তোড়না ফম্লম্বদগী লৈথোকলুবদা ওঝা কুঞ্জোবু উবকই।

"উদবা কুইরেদা তাদা।"

"করম তৌবি ইবেম্মা?"

"হায়ফমবু খঙজদ্রে তাদা, ফিদা সোমদা লেংসনশি।"

"মাবে মাবে সিদা হেক্তা ফম্ল.গ। অঙাংশিংগী পাও থরা তায় করম হাযনা তৌনবিবজাৎনো? কেশকা তৌদোবিজাৎলনে?"

"কেশ তৌনরগবু ফগদ্রনে? তাম্রফম্না কনাদা খনবদা মম্লব-নিনে তাদা।"

"শোকপনা কয়াম থীনা শোক্লবা?"

"থরা থীনা শোক্লে, ঙরাংদগী য়ুমদা পুথবকপনি।"

"করি রাহৌদগী তৌনবি'জাৎনোনে?"

"মরমবুদি সিনি তাদা— তাইমুংঙো মা'ধবকী মচানুপী অমা লৈবদাইদো…… ।

"অদুদি রা লুগদৌরি— ।"

"অদুদা মখে য়গী হুজিক কালগী লুমিদাং উমবী হায়রদো ওইরনাল্লে, মদুদা থেংনদুনা ফুবনি হায়রি। ইচানা লাল্লুবা হাযবদু থোক্লেদো মসিদা পাঙ্গল থোকপা ঈভম ভমজ্রবনি তাদা।"

"মাধব অসে ঐগীদি নহা ওইরিঙৈদগী তিন্নরকপা মুংশিরবা মরুপ্নি। মহোশাগী ঘটনা চদুদসু ঐনা ফনা য়াম্না মঙাংবনি। পঙফং ফত্তবা মীবুদি নত্তে। ঐগীদি ইচা ইচু লৈজদবনিদা মহাক্কী মচাশিংসে ঐমক্কী ইচাগুম লুনা তৌবনি। মাংবী থৌশিলদি ওইরম্লোই, মচানীপা রজেশকী কাংবুনা শোয়দন-মক্কী ওইরমগনি। মহ ভক্তবা শুন্দানি। মহাক্কী হাক্তগী মপা অসে মরল পনা য়াম্মসু তুম্নবনি। থানানদি করি হায়রি?"

"করি হায়নি হায়দা, লায়রবা শঙ্গ লৈজদবা ঐখোয়গী থবকপু কনানা থরায় য়াওবীগনি। পুম্নমক শেলগী ময়াইনা ভাংখ্রব-নিনে তাদা। হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐগুম্বী লায়রবী লুখ্র মীনা করি উপাই লৈকগনি।"

"রা'দি লুরি লাত্তা, ভুমিন্না লৈথোকপনদি অফবা ওইরোই।"

"তৌবা ভম্বা; শেঙাও পাযনা, খুৎলিংবা ইমুংনি। থম্মোয় খুৎতুম শুদুনা থাভবা নত্তনা অতৈ উপাই লৈরিব্রনে তাদা?"

"ঐ ভসিমক চৎতুনা মপাদু উমকগনি। যারে তৌশিন্নগনি, য়াদ্রে মথক্তা মীহাৎপগী কেশ থাজংকনি।"

"ত্যদা য়ারবদি মঙুংদা তৌশিন্নহৌবনা ফগনিদা। ঐগী কিবম তাদনা হেন্না থঙবীরিবদুনিদো।"

"ঐ খঙই লাতা লোযনা খঙই। থিলহৌ কয়া য়াম্লে থোক্লিবা ঘটনা। নহা পাখং ঈ খেংলিবা ঙাক্লি, মতুংদদি শিবা য়াবা ঘটনা ফাওবা থোক্লাখিনি। নত্তাং চারিদৈঙদা অকনবা থবক পাযখৎহৌগদবনি।" ওঝা কুঞ্জো ফুক হৌগৎতুনা চৎখ্রে। লাতা নিংশা থীনা লৈহৌই। লৈখিদ্রবা মপুরোইবা নী শিংথনা তেংথা নাওইনা কপহৌই "নহাক লৈরম্বা থোক্লবদি পুম্নমক অসি থোক্লম্লোইদবনিকো।'

মত্তাং অসিদা ওঝা কুঞ্জোগী পূন্সিগী শয়ম্পা রারী এংেক অমা নৈনখিবনা ঐখোযদা থুদোং চাবা হেনগনিঃ লাতাগা কুঞ্জোগা করিস্থ থোরদে। য়ুম নক্লদে, য়াম্না লাপ্লে। অকুম-কুমাবনু মহাক্লা য়াম্না লুনা তৌজে। লাতানস্থ কুঞ্জোবু পোক-মিন্নবা মবুঙ অমগুম য়াম্না কি-হঙ্গোইনা লোযনৈ। ওঝা কুঞ্জো মচা লৈতে। মুপী থিদনা মপুন্সি লেল্লকপনি। মানা নয়ুম পাল্লু য়াখিদবগী মরম অমা য়াম্না চাউনা লৈ। পুন্সিদা য়ুম পাল্লোই হায়না নাশকখিবনা ঙসি ফাওবা অনিংবা অমগী মথা পোম্না লৈরক্তি। চহি ৫০ হেল্লবা ওজা কুঞ্জো মশাদা অশোয় অঙাম লৈত্রি। য়েংবদা মীৎ পেল্লি নহাদা মান্দুনা লৈ। নহা ওইবিদৈঙদা মহাক্লা যাম্না নুংশিনা কোয়রম্বী নুপী অমথক অহল মশেল য়ানদবদগী যাম্না চাক্লা কাযনাখ। নুপী অতুগী গভদা মহাক্কী নুংশি খুদোল য়াওখ্রবনি। নুপী অদুগী রাখলদগী ওঝা কুঞ্জো নুপী থিদনা পুন্সি লেনবা হৌখি।

"করেদনা?"

"করে চন্দ্র!"

"অদো কমদৌবা তাবা ?"

"ফম্মু রা ঙাংনসি।"

"কেশ তৌবা তারেনে ?"

"ঐমক্তি পামদবনি অদুবু ওঝা কুঞ্জোনা য়াদ্রে"

"অদুনবু ফবেনে মখোযনা কৈদৌবা য়ানি হায়বগে। নংগী লেম্মীনবা উকিল হাযবে ঐখোয পাবুং লৈরে রাকরম্ব ভায়।"

"অদুদা মীসাঙ থোকপা হায়বদো ওইবনিদো মসিদা.. ।"

"মীমাঙ থোকপা হাযবু থোক্লেনা। মসিদগী হেনবা মীমাং থোকপা অমমুক লৈদ্রে।"

চন্দ্রগী মপাবুং উকিল রাজেল ওঝ কুঞ্জেগী যুমদা লাকই। উকিল রাজেল, ডি, এস, পি মাধব ওঝা কুঞ্জো নহা ওইরিঙৈগী চুহি মরুপ্নি। মাধবকী মচা কনখৎপ রাঙাংজুদা রাজেল অমদি কুঞ্জো অচাবপ মেদা ঘী চৈথিনব ওহনা হোকখি। মখোয় মশেল মসুংদা তেশিন্নরম্নবদি করিস্ত লৈত্তবা রাফম্নি। অদুবু মৈরিক্কগী মৈডাওবী হৌই হায়দুনা অচৌবা চাঙ্গাঙ অমা ওইরগদৌবি।

"ঐনা ফল য়াম্না হায়দনা য়েংলবনি যাদে। মাদ মহৌশাগী মী উদবীদো হুড়িক ফাওবা হন্দ্রি।' ওঝা কুঞ্জোনা ঈংনা মথা ভারকই। উকিল রাজেল খুনাদ, লুখম ঙাইহাক থোংলি। চুরুট চিংই, মৈথু অমুক শাংনং কাযথোকই। মথা শাবমথৈ খল্লুবগা বাজেল শোল্লপ্না হাযবকই—

'মহাক মচাম্নপীগী ইজ্জৎতি করিমতা য়েংদ্রেনে। মহুদনিনে

ঐনা মাবু শাউনি ফিবসে।"

'মতু ফংনা হায়রবনি রা মাঙই কাম্নবা ফংদে" "

"য়ারবদি মসি তেশিন্নহৌবনা ফবা হেনগনি। শাউনিংই হায়তুনবু কেশ হেকমক তৌবা হায়বসি, নংস্থ থল্লু ফবিত্রদে। ?"

"রা ঙাংনবদা ভাব তানা ঙাংনবা য়াদবসিদা লুরিবনি। ঐনা থরদং হংলুবদদা মানা হাম্না হেক্তা রং শাউরকতুনা রা অমতা মমুৎ তানা ঙাংনবা য়াদনা লাক্রবনি।"

'পাজল থোকপা য়াদবা মফমদগা ওইশিল্লে। মা হায়রা ফনা লুনা তিন্নরকপা ইমান্নবনিদো। সোমদনা হচানীপানা মরোল অমা। ইচাগা তিন্নরবনিনা হচাগুম্না সুংশিবিবনিদো। মৈরা চমতুনা থিদুনস্থ মাগীনি হায়দা কনা লৈতন্ত্রবী লাতানি। মাগীদমক যনবদা ঐস্থ ওন্থোক্লা রাবে কুল্লো।"

"অঙাংশিংগী ষ্টেটমেণ্টদি কমদৌবা?"

"থরদি ফংলে অদুবু ফনদি লুরি।"

"করম্না লুরিবা?"

"অহিং অথেঙবদা মীগী ময়ুমদা চংলুবনিদো। রাবুদি ইণ্টর ভিয়ুনি হাযবা, সুপীমচাদুনা ইতিং হেক তিংনা ঐদি করি'মতা শঙদে সুমিৎ অদা মখোযগা উন্ন থবস্থ লৈত্তে হাযনা থুমদোরকপস্থ কনানা থঙবা। মপা হায়রা চক্রিজাওনি, মানা ঙম্নবা চক্রি অমদি শোয়দনমক্কী তৌরক্কনি।"

"অরা অনা থিদনা নংনা থোকপা থরদি হোৎনবা তারেদনা কমদৌনস্থ ইচাশিংগী মমায় পঙচোপ চোপহল্লুগনি।"

"ফয়ে অদুনি ঐস্থ চৎনবা তৌরগে।"

"য়োরো অতুমণ্ডাইরে, ঈশ্বরনা তম্বা অমদি লৈরম্মনি। অচুং মরক্তা অমুক্তুংদি উম্নখিসি।"

উকিল রাজেন, ওঝা কুঞ্জোগী যুমদগী থোকখ্রে। ওঝা কুঞ্জোদি মখায় হাইগৎপা ঙমদনা রাখলদা লুপহৌই।

# তারাশুবা পন্দুপ

কোর্ট মঙুং অদু মী চোম্না তিনখ্রে। মথা থংবা মায়কৈদা অমুক্তং লৈল্লুনা য়েংলুববু য়াশি লৈতব' কংনোক অমগা লোইনন ফম্লিবা মাধবপু উকিরগা ওঝা কুন্তোগী থম্মোয় বল্লনা শানবগুম চৈনা ফাওনা পাম্লি। মীনা লাকচবা য়াম্রবা কুন্তোগী হকচাং অকনবা ভূমি কম্প তোবা হৌবখ্রে।

ডি, এস, পি মাধবকী উকিল মহাক্কী ফমফমদগী হৌগৎলখ্রে।

"ইয়োর ওনর অকনকুমার হুরানবনি হায়বসি চুম্লবা য়াফম্লি। অথেঙবা অহিংদা মহাকপু ডি, এস, পি মাধবকী ময়ুম্মক্তগী ফাদুনা ফুখিবদুনা লেংলবোইদবা শাক্ষীনি। আইনবু কিদব, থওইদবা অমদি আইনবু শীংনবা নহারোল ওক্তবশিং অসিগী মথক্তা অকনবা চৈরাক পীবিফম থোকহ হয়োর ওনর।"

য়াফম থরসি হায়রম্লগা অমুক হম্ল ফমথখ্রে। জর্জ্জনা হপ্ল মথা তারকই।

"মাধব, নহাক অকনকুমার অসি মহৌশাদগী হৌনা মশক খঙলবা মীশক অমরা?"

"খঙজৈ সার।"

জর্জ্জগী য়াথং লৌরবা মতুংদা উকিল য়াজেল মাধবকী মনাক ওইরপ চংশিল্লগা হংলকই—

"সুমিৎ অদুদা মহাক্না নংগী য়ুমদা হুয়ানবা চংলকপনি, নত্রা?"

"মামি, অচুম্বনি মহাক হুরানবনি সার।"

"মামি ঐ য়ানিংই, হুরানবা চংলকপদা থেংনদুনা মহাকপু ফূবনি। অদুম ওইনমক নংনা হান্নদগী মশক খঙলবা মহাক্না নংগী য়ুমদা চংলকপা মতমদা লাক্লিবগী মরম হংদনা হেক্তা ফুন্নিবদি করিগীনো?"

"চুম্না মশক খঙলুবগী রাশ্নি, থোইদোক্লা চংথোক চংশিনগী য়াদি লৈনরুদে। অথেঙবা অতিংদা চংলক্লিবা মহাক হুরানবনি হায়বসিদগী অতোপ্পা অমা খল্লুবা লৈতে সার।"

"নুমিৎ অদুদা চংলক্লিবসি মহাক মতোমত্রা নত্রগা কনা কনা লোয়নরকই?"

"মখোয় অমিনি।"

"অমদুদি কনানো?"

"অমম্বদুদা মশক লাকশীনবা ঙমজদ্রৌত্রে।"

"হায়বদি মহাক অদুম মক চেনখ্রে অসি নত্রা?"

"চেনখিদে... ।"

"মীশক লাকশীনবা ঙমদনা মন্নবা অহিং অদুদা অরুনকুমার-বুদি মশক খঙলগা অমদুবুদি করিগী খঙল্লে? নযুমদা হুরানবা চংলগা পুলিসত্তা পাও পীদ্রিবগী মরম করিনো? অরুনকুমারবুনা শিবা য়ানা ফৃবগা অমদুবুনা ফুদ্রিবগী মরম করিনো? ইয়োর ওনরু, অরুনকুমারবু মাধব অমদি মাগী কাংবুনা তশেংনমক হাৎকে তৌবনি। মহাক হুরানবা চংবা নত্তে মহাকী মচানুপী উম্নবা চংবনি। হুরানবা চংলকপদগী থেংনদুনা ফুবনি হায়বসি শাথীনা লাল্লবা য়ুম্ফম য়াওদ্রবা রাফম্নি। নুমিশুদা মহাকা লোয়ননা

চেৎমিন্নবদ শ্রীচন্দ্র থাক্লা লেংলরোইদবা শাক্তীনি। অচুম্বা বীচার ফংবীনবগীদমক্তা মহাক্তী মচানুপী প্রিয়াদগীন্নু খরমখে ত্তাবীসি।"

মাংদ লেপ্লিবী প্রিয়াবু য়েংলদুনা উকিল বাজেল হায়বকই—

"অরুনকুমার হায়বিবা নীপা অসিগা নংগা করি মরী লৈনৈ?"

"লৈনজদে সার।"

"মশক্তি খঙব্রা?"

"কলেজ্জিয়ান অমা ওইনা মশক ফাওবদি খঙজে সাব।"

"নহাক ঘটনা অদু তশেংনা উৎহৌবরা?"

"তাবদি হায়, হকচাং উমদদুনা মপাংদ থোকলুরে।" নীরুপ খুম্নকপা প্রিয়াগী পাউথুম্নি। অজ্ঞ, বয়দা কাংগুম্বা খর হপিনখি। মথদ তোম্বা মাবকী মীংগাই শাক্ষী চংলকই। উকিল বাজেল ফক থৌগৎলক্লগা মীনাম থোম্বগী নকন থৎপ লেপ্লগ য়াম্না অংনা হংলকই—

"তোম্বা মুসিং অদুবা হুরানবা চংলক্লিবসি কনা বনানো?"

"অরুনকুমার হায়রিব নীপা অসিনি সার।"

"মহাক করম্বা তুগাদগী ফায়?"

"লৈকোন পুখ্রি মপান্দগী।"

"কনান হায়্না খঙলকই?"

"বাবু মচা রাজেশনা।"

"থোদোক অদু নহাক্তি তশেংনা উৎহৌরব্রা?"

"ইমীৎ মক্লা তশেং তশেংনা উজ্জৌরবনি সাব।"

"নংনা চেম্বোক্লবপদা কনা কনা লৈরম্মী?"

"সাক্তেনকা মচা ইবেম্মা প্রিয়াগা।"

"অইতনি?"

"থোক্তদোকপ অইতদি লৈরমগে। অরুনকুমার হায়রিবা নীপা অসিদংদি গুপ্তি মপান্দা লোংনা তাদুনা লৈরম্মী।"

"মকোক্তুগী লোইবা ফাওবা উকৌরবা নংনা, কবিগীদমক নংনা চেম্বোক্লবপদা কনা কমক্তা লৈরমদ্রিবা? মতুনা তাকপদি নহাক থোদোক ক্তু উকৌদে"

"অচুম্বনি, উক্তখোই সার।"

"করে মতু স্তু তাক্লো। নুমিৎ অদুমক্তি প্রিয়া নাদুনা ইমুংদগী মপান থোক্লে হায়বি, কমদে ন মহাক্না মপাগী মনাক্তা লৈবমলিবনো?"

"হোয়, হায়রক নাদুনা লৈ সার।" তাঞ্জা অসিদা মাধবকী উকিল হোগংপ ডাং ডংদনা লাউবকই—

"ইয়োর অনর, ডাক্টগী অনাবা পঙথনবা ক্লোরো ফোর্মগুম উবলগী রাহংনা মবোক ডাগুনবা শাক্ষাগী পাউখুম্না অচুম্বা বীচার ফংগানি হায়বা থাজদে। মরম অসিনা ওপ্পমগী রাহং withdraw তৌবীয়ু। মরম লৈতনা অথেক্তবা অহিংদা মীগী য়ুমদা চংলুবা অরুনকুমার আইনগী মতুং ইন্না হুরানবা অমনি হায়বসি মশানা তারবা রাফম্নি ইয়োর অনর।"

"ডাক্তরগী অনাবা পঙথনবা ক্লোরো-ফোর্মদগী হেন্না কল্লবা উকিলগী ইঞ্জেক্সন শাক্ষীদা কাপশিল্লগা, মতুদা ফংলকপা ষ্টেট-মেন্তনা রায়েনবা হায়বসি কোর্টকী আইননি ইয়োর অনর।

মশা ইকল কল্লিবী মুপী অমবু নমতুনা নাহনবগী মীনাই তোম্বগী মতিক চারবা ষ্টেটমেণ্ট ফংলে। প্রিয়া নাদে, শুক্লা নাদে। অরুন কুমারগা অহিংদা মপান থোকতুনা উম্নবম্বী প্রিয়া মবুংনা থেংনদুনা ফাবনি। ইচম চম্না মচন মুপী উম্নবা লাকচন্নবা অরুন কুমার রাজেশকী কাংবুনা শিবা য়ানা ফুহুনা থম্লম্বনি। থোদোক অতুদা মিপাইরবা মাধব মচাগী ইজ্জৎ কল্লিংবদগী অমদি মচানীপা রাজেশপু অরাফমদগী কন্নবা অরুনকুমারবু হুবানব শীখিবনি। শাক্ষী তোম্বগী পাউখুম্না তাকপদি অরুনকুমার হুবানবা নত্তে হায়রবসিনি।"

মথং তাং ১০ য়ুমশকৈশা লুমিত্তা কেশ থৈথোক্লম্লগা জজ্জ মাগী ফমফমদগী হৌগৎখ্রে। ওঝা কুঞ্জা অমদি লাতা, মাধবকী মচাম্নুপী প্রিয়াগী পাউখুম তাকবদগী হিংগনি হায়বা উত্রব। ঈপাক অমদা ঈরাক্নবগুম কার্টকী থোঙ্গাল রাংমা শানখ্রে।

 নোংজুগী

# তারামাথোইশূবা শন্দুপ

তাং ১০ যুমশকৈশা সুমিৎ, চথরকপা কেশকী নিনি চনবা কেশ চৎথরগনি। নখবকী উকীল থাইহ'ক কোয়না চৎলুবর, মতুংদা অরুনকুমারদা হংলক"—

"প্রিয়াগা নহাক্কা করিস্তু থোকামলাবগ মখা লৈংদে হায়রকপিদা নংগী থায়নিংদ করি?"

"মৌনম্বনি সার।"

"সুমিৎ অদুদ নাখাংদগ উন্নখিবস্তু লৈতে থাযরি।"

"পুম্নমক অইদব মৌনম্বনি সার।"

মথংদা অরুনকুমারগী মাক্ষী ওইনা শ্রীচন্দ্র, দুর্লিং অদুগী মহাক্কী থোঙবু -

"সুমিৎ অদুদা নখোয় অনিনা মায়কী মথুনদা কুবানবা চংলুই হায়বসিদা নংগী থাবাংবা করি লৈবি?"

"অবানবনি সার, ঐখোয় শুনাদব চংব নচচদে, প্রিয়ান উন্নসি হায়দুনা কেংবদগী নাবু উন্নবা চংলুবান। সুমিৎ অদুদ মপানা অনন্দা পীবীখো হায়দুনা পীরকপা চিঠি সিদা লৈরে সার।"

জর্জনা চিঠি লানশিন্নি। চিঠিদ মৈৎ কুপ্পুনা য়েংলুরগা হংলকই —

"হায়বিবসি অচুমবা সুপীমচা?"

"অবানবনি জর্জ সাহেব মানা থাযরিবা পুন্নমন মৌনম্বনি।

চরানবগী দন্দি নীবদগী ঐগী ইচেৎ ম'চুহনগে থোৱাংবনি। মতাক কনানো ঐ মশক খঙদে স ব।"

"অরুনকুমারগা নহাক্না মরী লৈনৈ অমদি মুমিৎ খুদা নখোয় অনি উৎম্লে হায়বা নংগী চিঠিনা শেঙম্রবা শাক্নীনি।"

মশাং অসিদ মাধবকী উকীল য়ানি দবা মত খোঙদোকপা ওইনা হায়রকই— "হুয়োব শনর অঙবা খুৎকী চিঠি অমা পুথোকহুনা উৎলগা অরুনকুমাব চুন নবা নত্তে হায়বসি য়াবীকম থোক্কে। মরম অদুনা কানন কনদোনা ইরকপ চিঠিদা হায়বসিগী বংদা own hand writing examin তৌবীয় ইসোব শনর।"

মশাগী খুৎকী কুপথন যেংল। মতুংদা জর্জন চপ্পপ হায়নকই —

"চিঠি অসিনা নরম ওইহনা অরুনকুমারগী থোঙদে কপা মরাল পেতে হয়না লৌনা,নাসদ থেৎপীনিংবা লৈরবস্থ যেৎপীরকপা য়াগনি।"

"No objection sir."

"অরুনকুমারবু চরানবা চংলকই হায়বগী মরীদা শিবা যানা কুবস্থগীদমক রাজেশ চহি ৩ চেল। অরুনকুমার থাদোক'খবা মরে, মহাক্কী থোইদোকপা মরাল পেতে।"

X X X X X

কোনথবা কেশতা মাধবকী মবল যনা থাম্না তুমখ্রে। মাইথীব অমদি ইকাইবা অনি পুনখিবনা ইমুংদগী মপান থোকখিদবা মতম কনা শালক্রে। ওঝা কুঞ্জোগী মফমদা করম্না ভাকপীয় হারজরুসিগে খল্লুবদা মাধব পুক্সিদা চাউববা থোদাং অমা

ওইবক্লি। কবন্না লানখিবা মরালচুগীদমক ঙাকপীযু হায়জক্লগনি, বাঙ্জেল অমদি কুঞ্জোগী মকমদা ঙাকপীকম থাক্লুবা ইবাল লংজখ্রে খল্লুবদা চাবা থকপা চংথিদবনা মশা য়েংবা য়াদনা শোকশিল-লক্লে। ওকত্রবা মচানীপাগী মথল্লায় কম্লবা হোৎনবদা মরলম্থ তুম্লে, থবকস্থ তৎলে। মতম পুম্নমক্ নীংবা কায়বগী শক্লোল পুরবী, বাথলনা বুচু লোৎথ্রবী মচানুপীগীদমক খনবদা মীৎতগী পি তাখিবা খঙতোদে। মপাগী অচেৎপা রারক্লগী বীচারগী মতমদা অরানবা পান্থুম পীখিবা, মথবায়দগী হেন্না মুংশিজবা অকনবু নাকোহনবা থম্লম্‌লা .ভববীগী শক্লোন লৌখিবা, মপোক অসিগী অরুনকুমারন মহাকপু ঙাকপীরখিনি হায়বা থাজবা ঙম্লকত্রে।

অম্লাক্ল। উকীল রাঙ্জেল ওঝা কুঞ্জোগী য়ুমদা লাকই। করিগুম্বা বারী অমগী লাকপনি অদুবু পাক হোদোকপা ঙমত্রে। মখুৎতা চপ্লিবা লোইশিল্লক্কদোববা চুকটতু অমুক্তং নোইথায়-ক্লবগা শোম্থাংননা কায়রকই—

"ঐ নঙোন্দা অকবা রা অমা তাম্নগে লাক্লিবনি।"

"কবি বানোনে?"

"করিস্থ নৈরবা বাদুদি নত্তে। নংগী মকৌশাগী থৌদোক অমা নীংশিংলকতুনা লক্লিবনি।"

"করি থৌদোক?"

"নহাক্কী পুন্সি নীংশিংবা থোকত্রব্রা?"

"ঙাকপীযু।"

"অরুনকুমার অসি লাতানা পোকপা মচা নত্তে হায়রি।"

"করম্না!" ওঝা কুঞ্জো স্বায় লাউই। অরুনবু লাতাগী মচা নত্তে হায়বদু তাবদা কুঞ্জো মমায়দা হুমাং অনপ্পী কাব্রকই।

"ঐস্ম ফনা য়াম্না থাজদবনি অদুবু থাজদবা ঙম্লকত্রে।"

"অতুদি অরুন কনাগী মচা?"

"মহাক্কী মমা, মপা অশেংবা খঙদ্রি। অহল অমনা ৱারী শারকপনি।"

"অরুনকুমাববু লাতাগী মচা নত্রবা। অতুডে ওঝা মৈপত্রা লাইরিক হুরাল্লি হায়বগী খরদং যুকবগী হাক্তক্তা খাংচেৎ শেৎ তুমা চেল্লকপী লাতাবু অরুনকুমাবগী অশেংবা মমা নত্রবা।"

"ঐনা বেঙ্গলদা উকীল তমখ্রিগুদা নহাক্কী ঘটনা অম তাখি। অদুগী মরম ঙসিফাওবা মমুৎ তানা খঙবা ঙমদ্রি। লম-নগা তাম্নখিবগা নদুবু খঙনবা থিজিল্লবস্ত ঙম্নখিদ্রে। ঙসিদি নহাক্কী অশেংবা ৱারী তাবা পায়ে। মমা মচাত্ন অসম্মক থিবা ফংখিদ্রব্রা?"

"ৱারী অত যাম্না শাংদ্রে মতম অদুদা চাকখিবা মৈচাক ঙসিফাওবা মুৎঙম্মন লৈরবসিনি।"

"মতুংদা অমুক ফাওবা উন্নখিদ্রে?"

"উন্নখিদ্রে, মচাগী ৱখলদগী ঙাওদুন চৎলম্লগদবী মহাক্নি।"

"অঙাং অদুদি?"

"পোক্লবা মতুংদা মখোযদ, লৈবা মীনাই অদুনা অথেঙবা অহিংদা হন্তোকখি হায়। অদুবু তদুম থিবা ফংখিদ্রে। মতম অদুদি ঐহাক খুত্তা পৈশা খোকপা থবক অমত্তস্ত তৌদ্রি। মাধবনা যাম্না ৱানা থিখি অদুবু কান্নখিদ্রে। মহাক হিংলমখিনি

হায়বা থাজবা ঙমদ্রে। মতম অমদদি মহাক শোয়দনা সংসার অসিগী অচিকপা মফম অমদ, নচাবু থিরমখিনি হায়বসে ঐগী অচেৎপা থাজবা অমা ওইরম্মী, অদুবু থাজবগী মুৎহনমদ্রবা মডাল অদো একাদশিগী মতৌঙম অস্থম্মক মুথরক্লে।"

হায়রী লীনা লীনা ওঙ্গা কুঞ্জোগী মমীতগী অবেম্মা লৈতবা পি শিন্থরকই। উকীল রাজেন মথা তানা হংলুদ্রে। অশাবা নিংশা স্বর অমত্তং শাংনা হোত্তোক্রবগা থোঙ্গাল লোমদা য়েংথোক্রবদদি মাধব চংলক্লিবতু উবকই।

"কদোমদগীনে ঙন্নানা তোরক্লিবসিদি ?'

"ইরাল ঙ কপীযু হাযজগে লাক্লিবনি মরুপ। নচাগী চক্রি থাংবা ঙমন্দ্রদুন। ইকায় ইকি রাংমা লাম্না লাক্লবনি।"

"করি রানো মাধব, লানখিদব মীবু অমুক ঙাকপীবা নাইত্রা ? নংনা ঐথে য়দা লানখিবা লৈদ্রে।"

"থঙলে মরুপ, পুন্নমক ঐনা পদবদগী থোকখিবমক্তনি, ঐবু নুংশিবীত্রবসু নচানিংগীদমক খনবীদুনা ঐবু রাম্নৌবীরগমু।"

অসি হায়দুনা মাধব কুঞ্জোগী মথোঙদা তুথবক্লে। মহাক্কী মতৌদু উবদা কুঞ্জো ফল্লবদগী ফুক হোগৎতুনা হায়রকই —

"ঐদোম্দা হায়জবনা নংগী কান্নবা ফংলোই মাধব। মকনা অমদা ঐনা হাযখিত্রা ? মতম অদুদা নংনা ঐগী ইকমদা শীতিঙমরকপা খোল ঐ হোজিক ফাওবা কাউদ্রি। অদুক নাপল লৈবা ফমঙাও পায়বা, নরল লৈবা নহাক্না কবিসু লৈত্রবা ঐগী খোঙ পায়দুনা থুকুম্নরিবা করিগীনো ? ঐঙোম্দা থুকমদুনা হাযজবনা নহাক্কী নরাল কোকপীবা ঙম্লোই। ঐদি চুম্নগী মপাঙ্গল শোম্লবী

## অশ্লোয়বা শক্লক

নোংজুপী অহিংনা। কংথীনা মনী। অবংপা লৈত্রবা নোং মথাক অরাউবা লেইমনা লৈরদি। মাংসম্মবা অকীবগী মশক ফংলবা, সংসার মথক শথা পল্লগ্রা কীনবক্লবা মতম অসিদা নংনীদি অপোনবা ইম্নুংদা কানা পন্ন-থোইনা থাংলি। পুম্নমক শগুলনী মমাদা চংদ্র ককদা। যমদে নমনী, মোন দা মমায় উপ-শীন্দুনা হিক হিক্লা কপ্পী। কত্তুনা চিগ্নকপ মমাগী ৱাহংনি—

"কনাগীনে ইংগুনে নংবো, ওটেবী লমবেৎ লুং হাইবী। নপাবুং শারবনি শাম্দনা নথ্রাম্চু মাঙব তারেনে নংবো। কসি থোক্লে নং? হা নাইক ৱেশা নংবো' শংনা খুম্মু কনাগী অঙাংনো? তা-রিবা বকুপ।'

"কারি তৌগনি গদবা ইন্দো বেম্না?"

'মসিদা অংক্লোচ লকউ।"

"কাব.... ?

"বাক্ষম অসি কনা'মক্তা খঙকনবা য়াপোৎ নত্তে, মুপীমচাসি মশা বাত শংদ্রে। মপাবুংস্থ লাককদৌবা তাবানিমুক ৱাৎলি, তাল্লক অসিদা হোৎ-হৌগ্রবদি মীমাঙ থোকপা। হায়বদো ওইরগনি। নকাক থৌজিককক চৎতুনা ডাক্টর অমত্তং তুমিম্না কৌককচো। মনা মশিন নাংবা য়াবা নত্তে, খঙলেদনা?

"নত্তে, কনাগীনি হায়বগে?

"মতু তাকপগী মতম নঙ্গ্রে থীস্থবা তৌগনু।"

"কনি ইন্দোন,বেম্মা।'

খুদক্কা ডাক্তর কৌরুদুনা য়েংহনখি। ইকুই কুইদনা নয়নী অরাকমদগী নাম্মোক্লে। পোক্লিবা অঙাং অদু নীপানি হায়বা খঙহল্লমগা ডাক্তর হনখ্রে। মতুং তাইহাক লেরগা মীমুংশি থংদ্রবী, মুপীগী পুকচেল চেক্সবী মমা। অঙাং অদুবু ঃমক্কা তু ন্দাকলুনবগী হা হৌদোরকলে। "ঐ মতুদদি উয়েংে হমা, অঙাং নাঙহনবীগনু। মহাক্কা ঐবু শোয়দনা লৌবখিনিনে ইম।" 'কন্সি নিংশা থীগনু. করিগী মাঙহল্লুগদগো ইমানা চেকশিন্না থমগনি।" মোইথেম তোদুন মচাবু থেমজিল্লি। তাইবঙ জ্ঞান লাক্লিবা অঙাং'দুবু মমাগী মথাদগী মুল্লকখি। পোকপদা উায়বিব অঙাং অদো ঈথানু দা কোল্লুনা মীচিক মীরাওখোল তাখিদ্রবা, মীৎমায় পা বা চমদন চুথরকপা বড়িষাগী অকনবা নোংজুরকা থাঙ্গাল রাংমং লাম্মোরবলে।

ইম্ফাল তুরেলগী নোংপেক থংবদা যুমদোম পোক ওইনা লৈরিবা যুম অদুগী থোঙ্গালদা অঙাং অং থমলুখি। তাইহাক লোৎতুনা য়েংলবা মতুংদা যুমবু অতুন। থবক হল্লকপদা থেংনদুনা পুশিনখ্রে। হুম্মোকলুগবা অঙাংনা লেম্না মাঙদ্রবদা হবাও নুঙাইবগ লোয়নদা যুম যৌরকখি। 'অতুবু অরাবনি, নয়নীদি মচা কায়ংবগী মৈচাক্লা কনখিবনা মত্তোমত্তা আত্মা ঘাট তৌদুনা শিবয়ে।"

'কবি?" ওঝা কুঞ্জো মমীত্তা ঈ কারক্লে 'নয়নীবু সংসারদগী বীদায় লোখ্রবা।"

"ঐনা মসিমসু থংই মতুদি, অঙাং অদো নহাক্কী অশেংব ঈনি। মতম অদুদগী তৌনা বীনয় অমদি লাতানা অরুনকুমার হায়না

মনিং থোন্দুনা য়োকখিবা অরুনকুমার অসে নহাক্কী অশেংবা নচানি।"

মরীক চুম্লব' মীনাই বকুলগী রাবীনা কুপ্পোবু মপান নাই-দবা' সমুদ্র অমদা লংথবগুম তে রমই। নোংহৌননা মীৎলূদা রাংন থুম্মৎলবই। মৌখিবা থৌদোক কয মীৎমাঙদা শং-শং উরকই। সমাজগী মীনোক থাংবা ঙমদনা অমদি পশেম পশ্নোগী মযাথং অরুপনা তাইবগ ঙাওনা শাৎউম'খম্রবী পোমনা লৈমন চনথবী নহনীবু নীংশিংলুংগা, লমজাও খোম্না চাকপা লম্মেগুম কুপ্পংলি থম্মোয় নীংঙমদ নৈনীনা চাকপা হৌরকলে।

"নৈবু পিশক পিক্রি চদগী চাউনবা য়োকপীরক্লবা, অরাবা কোঙ্গায় নংঙবকবা ইনা নু ঐবু পোকপা ইমা নত্রবা। ওইথোক্লবা রানি, মগ ওইথোক্রবা বানি।"

'অরুনকুমার করিগী চংনরি? নহাকপু থিবদা হৌরগা মঙম পম্মুদনা নগীদমক ঙসিকাগবা অনীংবা অমগী মথা পোম্না লিং লক্লি। নম' নচাম খিবনা পুক্কিদ চাউরবা থোদাং অমা ওইরম্মী। মগম পুন্নমক খঙলবা নংগী থুরা বকুলনা হায়রি সে থাজদবা তৌগম্নু। মগম কুপ্লা কায়নকবব মচা পোনা অমুক ফংজবগী পুঙাইবদা ঐ খুম্ভ অমুকং ফংহল্লু।"

"ইমা।" অরুন শাংব ঙম্লকয়ে। মমাবু কৌবল্লুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লকই 'ঐনা তারিবসি করিনো ইমা? খুম্মু ইমা করিগী খুমত্রি? ঐ কনানো ইমা? ঐ কনানো?"

"মাম্লি অচুম্বনি। এখোয়না হায়রিবা পুন্নমক অচুম্বনি।"

লাতা মথা ভাখিয়ে, মরু লুকথনা লৈশ্রে! তাররিবা

...অমংবা নোং অদিনা ঐবু অস্থক থায়া খোয়রাং খোয়-শাওনহল্লিবসি করিগীনো ? ঐনা কপ্পগা মানা নোক্লি, ময়া লাওনা লাওনা কাথোক্কুনা, মবিচিকা হিংচাবীগী শক্লোন চাপ্পা-চাপ্পা লৌহুনা। অমুকস্থ লেপলরি চয়েংনরবা পুম্সি মণ্ডলানগী মীং মাঙসিন্দা। মীত্তগী পি তানা কপথি, নোংমা অহিং থাবলগী ঈপোমদা। খল্লুবদা অমংবা নোং মাগীদমক। কপলিবনি ঙসিস্থ অচিকপদা খল্লুবদা অমংবা নোং মাগীদমক—

**'অমংবা নোং'**

লেখকী কলমদগী।